লেংজবা অমসুং কোওজবা—

রাজকুমার সনাহল গুণেশ্বর সিংহ।

প্রেসিডেন্ট—

The Scientific Defence Cultural Society Imphal.

Regd. No. 808 of 1967.

লৈকম—হাইস্কুল শীংজমৈ ময়েংবম লৈকাই, ইম্ফাল।

P. O শীংজমৈ।



১বা খুৎনম—১৯৩৭ কোপি—১০০০

২শুবা খুৎনম—১৯৮০ কোপি—১০০০

Printed at—

Bidyapati Printing & Stationery Works.

Singjamei Makha, Liwa Naorem Leikai, Imphal.

# হীরম লামায়

# নীংশিংজবা

সংকোল অসি ছাপা নম্বা মতমদা, মণিপুরদা করিগুম্বা ইরাং থরদগী শিকাইগী ওপরেসন তম্বনা তৌথগা, পোং-চৈ তাওবা অমম্বুং ফংদবা, থবক শুবা মী ফংদবা, শুদবা মরমদগী লাইরিক অসি মতম চানা লোইবা ঙমখিদরে।

মথকী মরম অসিনা মরোন থরম্বু শমজিনখ্রে মরোন অমা অনীম্বু য়াংনা লোইশিনজরে। হায়নিংবা কয়া অমা য়াওরবম্বু থুদোং চাদবনা পাঙথোকপা ঙমখিদ্রে, বনাম্নচিংবা অশোয়বা য়াওরবম্বু ঙাকপীগনি।

লাইরিক লেংবা।

---



THE FOUNDER OF SATJAL

**Rajkumar Sanahal Guneshwar Singh**

*an approved candidate of Manipur Maharaja by the Government of India in 1956.*

# ম্রাহৈদোক

## সংজ্ঞালগী অর্থ —

সংজ্ঞাল হায়বা মাহৈসি মৈতৈ অরিবা ( আর্য্য ) Meitei Arya জাতিনা এলহৌডৈদগী শীজিন্নরকইবা আর্য্য জাতিগী সংস্কৃত লোন্নি।

সংজ্ঞাল = সং + জ্ঞাল। সং = অফবা ( good ), অচুম্বা ( truth ), লৈবা ( Existence )। জ্ঞাল = লাং অমদি লৌশিং — net or Art or Knowledge অদুনা সংজ্ঞাল হায়বসি মহৌশানা লৈজবা, অফবা, অচুম্বা লাংগী মশক ওইবা লৌশিং হায়বদি মসিনু,

শম্মু হায়রবদা, মৈতৈ জাতিন, থাঙ তা, মুক্না কাঙজৈনচিংবা মহৈনু খোঙলোন, খুৎলোন, ফীবম, ফিচুম্না মরম ওইদুনা, হকচাং ফনবা শাজেনগা লোয়নন', মীনা লাকচদনবা অমদি মীনু লাকচনবা, ঙমনবা, মহৌশা লৈজবা, অফবা, অচুম্বা লাংগী মশক ওইবা লৌশিংগী মরোনবু সংজ্ঞাল হায়না কোঙবনি।

চৈ, থাঙ তানচিংবা খুৎলাইবু মতৌ করম্না শীজিন্নরগা ইশা ঙাক্কদগে হায়বা মুক্না, কাঙজৈ, কুস্তিনচিংবা হকচাং থেংনরকপদা মতৌ করম্না ইশা ঙাক্কদগে হায়বা, অদুগা থোইদোকপা মরম অমনা, করিগুম্বা খুৎলাই য়াওদ্রবা ফাওবদা, খুৎলাই পাংবা যেক্নবগী মথুত্তগী মতৌ করম্না ইশা ঙাক্কদগে হায়বা লৌশিং মরোনপুম্বাগী সংজ্ঞাল মহৈদা শুগায়না য়াওরি।

সংজ্ঞাল হৈবগী মওং ফীরম, লৌশিংগা, চুম্নগী থাঙ হৈবগী মওংগা খরা থেমৈ। থাঙ হৈবনা চুম্নগী থাঙগী লৌশিংনা মরু ওইনা শীজিমৈ। অদুগা মুক্না, কাঙজৈ, কুস্তি ( wrestling ) বোকসিংনচিংবসু মখোয় মখোয়গী লৌশিং অদুনা মরু ওইনা শীজিমৈ। অদুগা পৃথিবীদা ফাওবা জাপানি জুজোৎসু, মীবু লংনবা, ফানবা, শোক্কপা য়াদবা মফমদা, অদীসু চিংবদা পায়জনা, মীবু শুম্বা হোৎনবা লৌশিংনা মরু ওইনা শীজিমৈ।

সংজ্ঞাল মহৈহেদি, হায়রিবা, থাঙ, তা মুক্না, কাঙজৈ, কুস্তি, বোকসিং, জুডোনচিংবগী লৌশিংদগী হেন্দোকনা, কুপ্না য়াওরবা মহৈনি। মরম অসিদগী সংজ্ঞাল মহৈহেদি ; মথক্তা হায়রিবা মহৈশিংদগী তোপ-তোপনি হায়বা য়াই।

সংজ্ঞাল মহৈদা মরু ওইনা মৈতৈ থাঙগী খোঙলোন, খুৎলোন, ফীবম, ফিহুপ্না মপুং ওইরগা, তাগী তারোন, ফীবম ফিহুপ, মুক্নাগী লৌশিং, কাঙজৈগী কাঙলোন, জুডোগী লৌশিং, কুস্তিগী মরোন, শগোল লান্মীগী লৌশিং, নোংমৈগী লৌশিং অপুম্বা শুগায়না য়াওরি।

অহুগা থোইদোকপা মরম অমনা, করিগুম্বা খুৎলাই য়াওদ্রবা ফাওবদা, খুৎলাই পায়বা য়েক্নবগী মথুত্তগী মতৌ করম্না ইশা ঙাকদগে হায়বনচিংবা মরোন শুগাইনা য়াওবা মরমদগী, অম্সুম্বা মথক্তা হায়রিবা লৌশিং পুম্বনা তিম্নবা মহৈশিংবু সংজ্ঞাল হায়না কোঙবনি।

অম্সুম্বা সংজ্ঞাল মহৈসিগী মঙুংদা, মৈতৈ থাঙগী মপান নাইদ্রবা, কুপ্নবা খোঙলোন, খুৎলোন, ফীবম, ফিহুপ্নচিংবা লৌশিংনা মরু ওইন শীজিন-নবা মরমদগী, মৈতৈ থাঙগী মহৈবু সংজ্ঞাল হায়না খঙনখ্রে।

অসুম্বা সংজ্ঞালগী মহৈসি ঐনা নৌনা পুথোকচবা নত্তে, মৈতৈ জাতিগী লাই ওইগ্রবশিংনা লৈবাকসিদা হোদোক্নুনা, মশাগী অমম্সুং লৈঙাক্লোম্না শীজিন্নরক্নইবা মহৈনি।

মীওইবনা হকচাং কনবা শাজেস অমসুং মশা ঙাক্নবগীদমক থাঙ তানচিংবা খুৎলাই শীজিন্নবা তমনৈ। মসিদা থাঙ হায়বা খুৎলাইসিনা কজবা অমসুং খুদোং চাবা মরমদগী, আত্মরক্ষাগী লৌশিং শিংবা মীবু থাঙ হৈবা হায়না কৌনখি। অওইবমক্তি থাঙহৈবা মীনা, থাঙ, তা, মুক্না, কাঙজৈমচিংবা লাক্না কানবগী লৌশিং পুম্বা উগদবনি, খঙগদবনি।

শা লান হায়বসি মীওইবা জাতিগা লোয়নরক্রবা খুৎশেমনি। মীওইবগা থানবা য়াত্রবা থবক্নি। তাইবংপান অসিদা, খংনা-চৈনবা, শা, লান হায়বসি মতম্ত হায়না পায়দবা য়াই, তশেংবনু কত্তবনি, মহুসু

ভঙ'ইকদনা ভৌদবা য়াত্রবা, থাদোকপা য়াত্রবা, তৌরোই হায়বা য়াত্রবা, কান্নরবা থবক অমনি। অশুম্বা মীওইবা জাতিনা পান্নত্রবা, ফংভবা, থাদোকপদি য়াত্রবা, থবক অসিদা মরু ওইনা কান্নরবা, শীজিন্নরিবদি সংজ্ঞাল মহৈনি।

নিপা, হুপী, নহা, অহল পুম্বনা তম্বা য়াবা, য়েংবা উবদসু থভবা ভম্বা, তম্বদা লায়বা, কান্নবদা মপা লৈতবা সংজ্ঞাল মহৈনি। ইশাগীতা নত্তনা ইরৈবাক, ইজাতিগী ইকাই-খুম্নবা ভাক্লবগী মরমদা; লৈবাকমচা ভাবা citizen অমনা থভকম থোকপা, থভদবা য়াত্রবা সংজ্ঞাল মহৈনি। অসুম্বা সংজ্ঞাল লৌশিংগী ফীবম, কিচুপপুম্বা উরবা থাভহৈবরু, উহন্দনা, থভহন্দনা, থুংলাইস্নু য়াওত্রবা ফ ওবদ', য়েক্লবনা লাক্তবা ভবদে হায়বগী থুদম প্রমাণবু, মৈতৈ লৈবাক্তা নরসিংহ মহারাজনা উংপিখি।

খৃঃ ১৮৩৪ সুবদা, চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা নহা ওইনা মৈতৈ নিংথৌ ওইবদা, নরসিংহনা যুবরাজ, সেনাপতি সুপ্পা ওইহনা লাংথবাল কোন্নুংদা মণিপুর লৈবাক ভাকখি। নরসিংহনা অম্মুম্বা লৈবাক ভাক্লকপদা, কোন্নুংগী অভম্বা থরগা, মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিবু পোকপী মমা মাইস্নাঙ কুমুদিণী মহারানীগা লৌতুনহনা, নরসিংবু মাভনবা, খৃঃ ১৮৪৪ গী জানু-য়ারী থাগী তারিখ ২৭, থাংজ হুমিৎকী হুমিদাংবাইরমদা, নরসিংহনা বৃন্দাবনচন্দ্রগী লাইমাভদ দণ্ডবৎ প্রণাম তৌনা লাই খুরুম্নিরৈদা, নবীনসিং কোবা নিংথেম মচা অমনা, থাংশাং অমনা নরসিংহগী ভক তম্না থাভহনা য়ানখি।

নবীন্না থাভ য়ানবদা, "নহাদে নবীনদে" হায়বা খোল্লাউ লাউহনা য়ানখি। অহুম্বা খোল্লাউহ্ তাবদা, নরসিংহগী মনাক্তা, থাভ, তা, লোংমৈনচিংবা পায়বা থৌগন ময়াম লৈনমক, ভাকপা ভমহৌত্রবা থাভয়ান অহু, নরসিংনা মীকুপ নাভম শিংবা, থাভহৈবগী অভকপা লৌশিংগী কিচুপনা, মপাম্বোম্না মভক কম্না, কীভমগা লোয়ননা ফুক হৌগৎলক-পদা, খুংলাই উহৌদবা মরম্না, মপাম্বোমদা থরা য়ানখি, খুংলাই উরম্নবদি থাভ মম্না থৈহনা পাম্বোমবা থাভ চভহন্দবা য়ারমখদবনি।

খুত্তহন্দনা ওক্তা থাওনা য়ান্দুনা শিরগদবনু, থাওহৈবগী অওকপা আত্মরক্ষাগী শাজেন্না, মরু ওইবা মফম ওক্তা য়ানবগী মহুত্তা, পাম্বোমদা য়ানহনখি।

থুংলাই য়াওত্রবদা, মতৌ করম্না থুংলাই পায়বা য়েক্কবগী মথুত্তগী আত্মরক্ষা ওইগদগে হায়বা, অওকপা, ওইথোকত্রবা লৌশিং, মীকুপ নাহুম শিংবগী শাজেন্না, হকচাংদা থরা শাকত্রবশু, থরাইদি শিহন্দনবা লৌশিংবু, মৈতৈ লৈবাক্তা বৃন্দামচন্দ্রগী মাতুদা তাশংনা উৎপিখি।

মতাং অসিদা সংজ্ঞাল হায়বা মহৈসিগী মরমদা থোইদোকপা মরম থরা অমুক নিংশিংলি। মথক্তা চাউরাক্তা, সংজ্ঞাল হায়বসিগী মরমদা, মীনা লাকচদনবা হকচাং শাজেন্নি হায়গে অদুবু মতুংদি চৈ, থাওন্তানচিংবা থুংলাইনা অমসুং মুক্লানচিংবা লান্না কানবন মীনা লাকচদনবা হকচাংগী শাজেল লৌশিংনি, মরু ওইবদা পুক্নিংগী লৌশিংনি, মরমদি লৌশিংনা পাঙ্গল্লি — Sp ritual power is superior to physical. খুদক্কদি চুম্নগী পাঙ্গলগী মহৈগী লৌশিংনা লাকচবা য়ারোইদবা মোইরাংগী অথোবা পুরেম্বনু, কক্কয়েন সুঞ্জা অথোবা থাংজেন্না মন্ত্রগী শক্তিনা পোৎসেমতুনা হাংহনখি। মন্ত্রনা পোৎসেম্বা অদুসু পুরেম্বনা খিংবা ওম্বনি, অদুবু ধর্ম্ম থোক্তে হায়না থন্দুনা খিংনবা তৌখিদে। খুদম অমনা মৈতৈগী খোংজোম লান্দা, পাউনা ব্রজবাসীবু থাও, তা, নো মৈনা হাৎপা য়াত্রবদা, মকোক্তগী মন্ত্রগী শক্তি মন্ত্র লৌথোক্লগা হাৎকল্লি।

মরম অসিনা সংজ্ঞাল মহৈসি চুম্নগী থুংশু থুংলাইগা, পাঙ্গলগী লৌশিংগা লোয়নননা, পোৎসেম থোরাং, যাদু মন্ত্র, মীনা থমাইবা তৌশিল্লগা লাকচবা য়াদনব, পুক্নিংগী লৌশিং Spiritual power শীজিন্নবা মখানা তাবনি। পুরাণ পুরা কয়ানা, মমাংতৈগী অকনঃঅথৌশিংগী রারীদা মন্ত্র শক্তি শিজিন্নবগী রা তত্তনা থেংনরি। অদুনদি মীনা লাকচদনবা অমদি মীবু লাকচনবা হোৎনবদা, মৈতৈ অকন-অথৌশিংনা চুম্নগী হকচাংগী শাজেন মহৈগী লৌশিংত নত্তনা, পুক্নিংগী লৌশিংসু শীজিন্নরকই, অদুনা সংজ্ঞাল লৌশিংসু পুক্নিং হকচাংগী লৌশিং শীজিন্নকম থোকই।

সংজ্ঞালগী মমুংদা, খোঙলোন, খুংলোন, কৌভম, ফিহুপকা কোয়বা থাঙলোয়া মরু ওইনা তৌবা মরমদগী, অহানবদা থাঙগী মহৈ লৌশিংনা হায়া ফোঙলি. অসুম্বা মৈতৈগী থাঙলোন অসিবু চাউরাকনা সংজ্ঞাল হায়না খঙনখ্রে, থাঙ্গশেংবদি সংজ্ঞাল হায়বসি থাঙগী লৌশিং মহৈতা মতে।

অসুম্বা সংজ্ঞাল মহৈসি মণিপুরদা মতম খরা থুপ্পা লৈরুরে। খৃঃ ১৯১৭ সুবদা, মৈদিঙু চূড়াচান্দ নিংথৌনা, পৃথিবীগী অহানবা লান্‌গদা First World War, 1914—1918 ; বৃটিশকী মতেং, মণিপুর সিফাই থাহুনা লান পাংলুবদা, C. B. E. Commander of the British Empire হায়বা মিংথোন ফংথি।

মতুংদা খৃঃ ১৯৩৪ দা লৈবাক শাসন নিংথিনা তৌবগীদমক, চূড়াচান্দ মহারাজবু K. C. S I. Knight Commander of the Star of India. হায়বা মিংথোম্না লৈতে থি। মতমহুদা ( খৃঃ ১৯৩৪ ) মণিপুর প্রজাগী ফনবা অমদি চাওখৎনবা মহাসভা লিংহুনা (মহু হৌজিক Manipur State Congress) হৌরম খরা খম্বথি। মহুদা মৈতৈ জাতিনা কাউবা য়ায়রোইদবা মরূপ হিজম ইরাবত (Comrade Irabot) না ইনিংথৌগা তাম্নহুনা,'মৈতৈ জাতিগী থাঙ, তা, মুরু', কাঙজৈ হায়বসি, মকম পুম্নমক্তা তম্নবা য়াগনি হায়বসি ৮ সুবা য়ারেপ্পা লেপ্পথি। Proposed by 1. Sougaijam Samarendra B. A. Darbar Member, 2. Phurailatpam Atombapu Sarma, Rajpandit. মহুগী থুদোং চাবা মতমহুদা ঐনা সংজ্ঞাল মহৈসি কোঙজবনি।

অসুম্না সংজ্ঞাল মহৈসি খৃঃ ১৯৩৪ দগী ফোঙবা হৌরে। খৃঃ ১৯৩৭ সুবদা সংজ্ঞাল মহৈগী শরুক ফোঙবা হৌরে। অহুদগী খৃঃ ১৯৭০ দা মণিপুর সরকারগী মতেং ফংহুনা, মৈতৈলোন্দা অমসুং ইংলিসভা সংজ্ঞাল কোঙজরে। খৃঃ ১৯৮০ অসিদা মণিপুর সরকারনা মতেং পীবিহুনা সংজ্ঞাল কোঙজরি। অসুম্না ইরৈবাক, ইপাজিগী চাওখৎনবা ওইনা

শীনখিবা ছিজম ইরাবত, মৈদিঙু চূড়াচান্দ মহারাজ, সৌগাইজম সমরেন্দ্র সিংহ অমসুং কুরাইলাংপম অতোম্বাপু শর্মা। অমসুং মণিপূর সরকারগী ঐনা পুন্সিসিমগী লমন তোঙ্গরি অমসুং কাউঙমদবা ওইজারি।

অরোইবদা ইরৈবাক্কী নহা, অহল, অহে-অশিং, ওজাশিং পুন্নমক্কী মকমদা নিংশিংজরি, মহুদি, অমুম্বা মহৈসি, ঐতনা হৈহুন্নু শন্দোকচবা মস্তে, মৈতৈ জাতিগী ইপা-ইপু, লাই-গুরুশিংনা খম্বোরম্বা মহৈনি, ইচিন-ইনাও, ওজাসিংনা হেন্না খঙবিরিবনি, অহুবু পামুরবা কান্নরবা মহৈসি তাকখোক্লদবা মরমদগী অমুম মাঙশিল্লক্লে, মতমগী মতুং ইন্না তুংদা খরা নৈহো খঙহৌনবা কোঙবা হোজবনি, অশোয়বা কয়া য়াওনবমু নীংশিং-খিনবা ওজাশিংগী মকমদা থুরুমজরি।

থাইগী

অইবা, অফোঙবা।

---

# মণিপূরী থাঙ-তাগী মৈহোরোন
# গুরু পুরাণ

মুক্তা, কাঙজৈ, থাঙ, তানচিংবা মহৈনা পুল্লগা, মীনা লাকচনবা অমদি মীবু লাকচনবা মহৈবু সংজ্ঞাল কৌই হায়গ্রে, মহুম্বা মহৈশিগী মমুংদা মৈতৈ থাঙগী লৌশিংনা মরু ওইবা মরমদগী, মৈতৈ থাঙগী মহৈবু সংজ্ঞাল হায়না খঙনখ্রে।

মৈতৈ থাঙ তাগী হৌরকপা মৈহোরোন অসি, মৈতৈগী গুরু পুরাণ অমদি গুরু মৈহোরোন হায়বা পুরাণদা মথাগী অমুম্না হায়রি :—

য়াহাকপু লোইপা গুরু লাইনিংথৌ পামহৈবনা চহি ৩৩, মহাক অহিঙ ৩৩, কালেন থা ৩ সি পানপা, নোংমাইচিং চুমিং মুখা, চাকুকাম্বা

উখোঙতা, শান্তিদাস গুরুনা মমায় নোংপোক ওনলি, মৈতৈ খোংনাংথাবা পণ্ডিতনা মমায় অৱাং ওনলি।

শান্তিদাসনা হায়, হে মৈতৈ পণ্ডিত অখোইপা। চেংলৌ শক্না হেন্‌পা! পুক্নুং লিন্‌না ঙানপও! উনপি পুকনিং চঙ্‌শও! তাইপঙ ঙাম্নরসি, মালং হেন্নর'স হায়না পুরুম তেংথাপপু পাউতারপক্কা, মৈতৈ পণ্ডিত অখোইপনা চিঙ্‌ মতীক অচৌপা, অঙকপা, খয়ুম কুন অচৌপা লাইপু পরৈ থাকোম্নতনা, চরৈ ফিগে হাইতোক, কবরং উলংগি (খোক-পাকুম্‌) খোকপপু, থানপি মৈহৌরে।

শান্তিদাস গুরুনা উরবদা, খোয়পু হোৎলে। লিনবু চুরে। চিঙ্‌ মতীক অঙানবা, খয়ুম কুপ অচৌবা লাই শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী মিংথৈ-রোনবু পরৈ থাকোম্নদনা তাঙজা কোক্‌তা থাংকৎচপবু, থানপি মৈমুৎলে।

মৈতৈ খোংনাংথাবা পণ্ডিতনা, চিঙ্‌ মতীক অঙম্‌বা, খয়ুম কুপ অচৌবা, লাই সনামহি পাথংববু তাঙজা কোক্‌তা থাংগৎচদনা গুরু মৈ-হৌরোনবু তেংথাজরকপবু, মায়কৈ সলাই ঙাললে। লৈহাং মৈথা নিন্‌লে। লৈরোন হুংলোন পোংলে। গুরু পণ্ডিত অনিমক্‌ য়াইবি মরাঙ হৌরে।

উম্ হুম্ অক্। অহ আক্। ইহৌ ইক্।
হয়ে রিক্ অন্‌জি চি ক্লীঁ স্বাহা॥

তান্‌থ লেম্‌থনা মঙান্ নাইনা পানকবা লাইবু খুরুমদনা য়াহাক্‌পু লোইবা গুরু অকবা লাইবু খুরুমজদনা য়িচরক্‌কে গুরু পুরাণ। গুরু মৈহৌরোন। গুরু মুমচঙবা॥

হুইচক্‌তা হ। হয়াচক্‌তা হা। খুনুংচক্‌তা হে। লাংবচক্‌তা হ্রি। গুরু লিরি লৈমরেন য়াগাপা লৈহুং খুহুংবা উম্! উম্ হুম্ হুম অঙ্ অঙ্ হুম্ তরং মালং সুল তরং মৈ তরং ইসিং তরং নুংশিৎ তরং। লৈরোন হুংলোন অঙম্মকি কংলাগি মেনবুঙগি তুথুপ্ হরি মন্দির নুঙাইবা মুক্তা-মনি লাইলাঙ লিংথিবা, অহিং লিক্‌লা তাক্‌তবা। নুংশিল লিক্‌লা

কংদবা। মৈনা রাইবা। অহিং থাউমৈ মুংতবা। মু থিল থাউমৈ মমদবা। অকং তংতবা। অরাই কংতবা। মৈনা রাইবা। তাংজা সম্বা। হরি মখেক চঙনকম। অতিয়া ফৌতি আনাকম। থম্ থম্ চেতপি পুকচুং লৈয়োন মুংলোন অহুম্মকগী গুরু লিরি উম্ হুম্ লৈমরেন রাগারে উম্ হুম্।

সেংতোন লিক্লা আইনোরে। লৈয়োন লাংবু তনৌরে। মণিক খোমপি নোংঙাল্লে। চ্রিক্ চ্রিক্ নঙথরে।

উম্ হুম্ লৈমরেনগী নঙথরিবা মহাউ উবদা গুরুনা তিতে ন্ লাংবু লাংথাক্লে। উম্ হুম্ লৈনম্ লাংবু লাংনপ্লে। কোংকোই লাংবু লাংনপলে। মি কুক্ কুক্ রে রে। কিশিনে থরাইনি।

গুরুনা তাইপঙপানবু মুংনৌনা মচিন্ হেনবা তা খোংজোমপা মরাই হাইগংলে। ময়া চিক্লক্লে। মমিৎ সুক্লক্লে। মখৌ পোংলক্লে। মচী হাইরক্লে। মশা য়ুংলক্লে। মনাতোন কাম্লক্লে। ময়াং থেক্লক্লে। মমৈ থাংকংলক্লে। খুমাঙ খোংলক্লে। খুচুং কাওরক্লে। মতু খিংলক্লে। নোংলোন মরোন তরেৎ লৈরোন মরোন ৭ লাইজা ইরোন্নুংবু হাইথাইনা লৈশুং রাপিরোক্ অচোনবদা লান তারক্লে।

উম্ হুম্ তাইবংপানবা পুন্নমক্না হাই হাই লাউনা থক্ থক্ নিকনরবদা, গুরু লৈমরেন্না তাইবংপানপু মুংওন্না থাপাকপি থাঙসাং শংতনা থৌবুম থন্না উম্দনা হাইথুরে উম্ হুম্।

শন্নাং অমনা মশুং ১০৮ খোকনা থায়বগী মশুং অমা মরুম কুপ্পকা তাগী মচীন্ অহু মরুম কুপলবা থাঙগী ময়া অনিমক্না চেক্লাগুম চীন্ ভিমৈ। পোখিগুম চিল্লোকনৈ। স্বর অনি লাংবুম ওই। খোইরী মুংচিন্নৈ। কম্বী কম্চিল্লে। শিংলি অনি তাশিল্লে। লাইশন অনি য়েংশিল্লে। মুংশি লিনৌ নপ্নরে উম্ হুম্। × × ×

শিংলি ১০৮ না গুরু মহাক সাকৎপা উম্ হুম্। থানপি মৈমুংকদোরে। লাইজা ইরাউখোনবু কংগদোরে। থংগল মালংবু হুম্মোইদোরে।

নোংলোনবু কিন্থগদোরে। সনচিংবু কিন্থগদোরে। নিংখায়গদোকে। ম্যকৈ মগু চেখায়গোরে। খক্সান নারন পাইস্নোইদোরে।

তাগী মচীন্দ্রগী চি্রক-চি্রক চিক্শিল্লে। থাওগী ময়াদগী উম্ হুম্ তা শংলে। হইচক্ চি্রং চিংশিল্লে। উম্ হুম্ থাও-ডাল্লে হয়াচক্।

তাগী মচীন্ থাওগী মন্না মরুম কুপনা ইক্ অন্বঙ্গ তন্বঙ্গ নওশিল্লে উম্ হুম্। খুনুংচক তা তুপ্থরে। থাও হাইথথরে। মিংকুপ্ গুরু ইবুঙো গুরু ইবেমা অনিমক্ চহি মগু কম্প অমা তুক্থথরে॥

য়াপিরোক্ অচোনবদা লানতাবা-তা থানজুনাহা কৌথরে। থান-জুনাহা কৌবা গুরুদগী খোইরী কৌবা গুরু ওইথরে। খোইরী কৌবা গুরুদগী মৈ কৌবা গুরু ওইথরে। হ মঙাং গুরুদা কন্থি ওইথরে, মমিং চি্রক্ কৌথরে। মচু তাংসং তাওথরে। মরম ১০৮ মকৃকি পুথরে।

তাইবংপানবু নিঙথাম্নগে তৌকা তাবু খোবুম থন্না উমঙ্গনা হাইথুরবা থাও থবুংবি কৌথরে। থবুংবি কৌবা গুরুদগী নাওয়োম কৌবা গুরু ওইথরে। নাওয়োম কৌবা গুরুদগী ইশিং কৌবা গুরু ওইথরে। র লুরাং গুরুনা কন্থি ওইথরে। মমিং চিং কৌথরে। মচু তোস্লোক তৌথরে। ময়োম ১০৮ পুথরে॥

ইক্ অন্বঙ্গ তন্বঙ্গ কৌবা গুরুদগী নাওকমলেন কৌবা গুরু ওইথরে। নাওকমলেন কৌবা গুরুদগী ফুংশিং কৌবা গুরু ওইথরে। স খুমন গুরুদা কন্থি ওইথ্রে। মমিং ইক্ কৌথ্রে। মচু মুসুক মুথ্রে। মরম ১০৮ পুথরে॥

অসুমা পুরান্না হান্নবা কতুং ইন্না থাও-তা হারবসি লৈমক্লেন, গুরু অনিদগী হোরকপনি॥

---

# সংজালগী হৌরকপা—সংজালগী মৈহৌরোল

# Origin Of Satjal Art

তাইবং পানবা মপুনা লৈঙ্লেম থেঙ্গোনা লৈসেম্লবা মতুংদা, লৈবাক অসি কনাদ্বু লেপহনসিবনো হায়না হয়িচকী মতমদা সত্যযুক্ত মাতাদৈ, ১। অশিবা ২। কোনজল তুথোকপা মচা অনিদা হায়এ—, তাইবং-পান অসিগী হৌরকফম থঙত্রা, থঙলগা ঐঙোন্দা হাযও, থঙত্রগা মালেম কোয়না চংতুনা থিয়ো, হান্না পাউ তম্লবা অতুদা ঐগী কম্বাল শিন্নগে হায়ন্ন-বদা, মচা অনিনা থঙদবগী, অশিবনা তাইবংপাল কোয়না চংতুনা থিখি।

কোনজল তুথোকপনা মম্না লৈমরেন্দা হংবদগী থঙহন', গুরুগী কম্বাল তরেৎলক হন্না কোয়রগা গুরুবু থুরুমহনা, তাইবঙপাল হৌরকপদি গুরুনে হায়জরবদা, গুরুনা মচাবু তাইবংপানগী মপা, হৌরকফম থঙবনি হায়না, পাথংবা হায়বা মিংথোনগা লোয়ননা গুরুগী কম্বান শিন্নখি।

মচা অশিবনা তাইবংপানসি ৭ লক হন্না কোয়না চংতুনা থিবদা হৌরকফম থঙত্রবদা, গুরুবু থুরুমগে হায়না চঙলকপদা, কম্বান্দা মনাও পাথঙবনা কমহনা লৈরম্বা উবদা, পূকহং পাউহংদনা, অশিবনা মনাও পাথংববু অশাউবা মীৎয়েংনা মাঙহল্লগে হায়না চঙলকপদা, পাথংবনা কম্বান্দগী চোংথহনা চেনগে তৌবদা, লাইহুয়ালিংনা পাথংববু থুংশন্নুনা কোয়শিন্দুনা শম্নগা কে ক্রে কে চোংহনা থামই। অশিবনা মতুদমু ম্রাত্রবদা, পাথংবনা গুরুবু কৌহনা লৈবাক নিংথৌ কনবিয়ু হায়জে। গুরুনা লৈবাক নিংথৌ মাঙবনা হানখিবা তারে হায়না খুদক অহুদা, গুরুগী মীয়াক থাঙনা মচা অশিববু য়ায়কুনা লৈবাক নিংথৌ কনখি।

মতুং গুরুংচক দ্বাপর যুগ হৌরকপদা, লোংপোক পাম্হোইবনা পাম্হোইবী অমমুং লাইয়ামগা লোয়ননা গুরুবু ময়াম পুন্না থুরুমদা, মথকী

লৈশেম থেঙ্গৌনা মরম ওইহনা মহুদগী লৈসেম জগোইনচিংবা পুথোক্লুনা লাই-হরাওবা লীলা হৌদোক্লুনা শান্নখি।

নোংপোক পানথোইবা, পানথোইবী অনিনা লৈসেম থেঙ্গৌদগী লৌহনা মখল মখা অয়াম্বা জগোই হৌদোক্লুনা গুরুবু খুরুমখি। অহুম্বা লাইয়াম্বা পুথোক্খিবা লৈসেম থেঙ্গৌদগী পুথোকপা লৈসেম জগোইন-চিংবা অহুদগী মনিপুর জগোইগী হৌরকপনি।

মতুং লাংবা চক্তা কলি যুক্তা, নিংথৌরেন ওইনা পানখিবা যবিষ্ঠ মৈদিঙু নোংদা লাইরেন পাখংবনা (খৃ: ৩৩—১৫৪), গুরুনা তাকপিবা লৈসেম থেঙ্গৌ Creative Thankaus অমসুং কে ক্রে কে চোংবগী মরোন অমসুং গুরুগী য়াথং মতুং ইন্না মৈত্রবাক্তা থাঙ তাগী মখল মখা অয়াম্বা থেঙ্গৌরোন—থাঙলোন—তারোন পুথোক্লুনা মৈত্রবাক ভারুবা অমসুং মীরৈবাক থুহুম চম্নবা শীজিন্নরকই।

অমুম্না তাইবংপান মপু গুরুনা লৈবাক নিংথৌ কয়বা অমসুং ভারুবা ইহান হান্না শীশিল্লখিবা থাঙ-তাগী থেঙ্গৌ অমসুং থাঙলোন-তারোন অহুদগী সংজ্ঞাল হায়বা মহৈলিগী হৌরকপনি।

অসিগী মতুংদা, পাঙত্রবা, পঙবনা মমহুনা লৈরম্বু, থৌজানগী লৌশিং মরীক অমত্তংনা তানহনবিরম্বা ওঙ্গা গুরুবু হয়া হন্না থুরুম্না, সংজ্ঞালগী মরোন অমনিদং ইজরি :—

১। সংজ্ঞাল মহৈসি লৌশিংনা মরুনি। প্রমাণদি :—

বুদ্ধির্যস্য বলং তস্য নির্বুদ্ধে স্তকুতো বলম্।

**He who has wit, has might, how can there be strength where there is no wit? Wit is greater than might, things which cannot be done by force, can be done easily by wit.**

২। বাতাং-রাতা, শাজং-শাওং, মীংলৈ-নারৈ, ঈজিংনচিংবনা মরম ওইহনা মীগী মপুক্লিংগী বা থল্বা ওমই। অহুম্বা প্রমাণদগী মীনা তৌরুবা মবুক্লিংগী লৌশিং ইশানা হান্না খঙ্গনি। প্রমাণদি :—

আকারৈরিঙ্গিতৈর্গত্যা চেষ্টয়া ভাষণেনচ ।
নেত্রবক্ত্র বিকারৈশ্চ লক্ষ্যতে অন্তর্গতং মনঃ ॥

The inner mind of a man is known from air, signs, manner of walking, action, talk, and from the changes of eyes and face.

৩। তিংথঃ অমনা য়ুরবদি, তিংথং অমনা হনগনি হায়বা প্রমাণ-দগী, মীনা তোরকপা, ওইরম ওইরম্বা, মওং কীবম অহুনা মরম ওইহুনা, লৌশিং শিংবা মীনা য়ায়া থুনা মীবু লাকশিনবা ঙমনৈ।

যস্য যস্য হি যোভাব স্তেন তেনহি তং নরম্ ।
অনুপ্রবিশ্য মেধাবী ক্ষিপ্রমাত্মবশং নয়েৎ ॥

Whatever be the mood of a man, getting in through that, the keen witted person can quickly bring him under his control.

৪। মীনা লাকচদনবা অমদি মীবু লাকচনবা হোৎনবদা, ঐগী শোয়দনবগা লোয়ননা ঐগী অকায়বা অশোয়বস্যু উগনি। প্রমাণদি :—

উপায়ং চিন্তয়েৎ প্রাজ্ঞঃস্তু অপায়মপি চিন্তয়েৎ ॥

A wise man should think of success as well as failure.

৫। সংক্লাপ মহৈসি হিংসানা মরম ওইনা মীবু ঙম্বা হোৎনবনা মরু ওইবা নত্তে। অতোপ্পগী অমস্যুং ঈরৈবাকীদমক থম্নাইমক থান্না মতেং পাংনবনা মরু ওইবনি। প্রমাণদি :—

ধনানি জীবিতঞ্চৈব পরার্থে প্রাজ্ঞ উৎসৃজেৎ ।
সন্নি মিত্তো বরং ত্যাগো বিনাশে নিয়তে সতি ॥

Let a wise man sacrifice his wealth and life for the good of others. Destruction being inevitable sacrifice in a noble cause ought to be welcome.

৬। দান পুন্যকপী কিদবা ( অভয় ) দানা মহেয়ে, মরম অতুদগী মীবু অহিদি ইরৈবাকী প্রজাবু য়েক্লবগী অকিবা কোক্রবা দান ত্তৌববা সংজাদ মহৈগী মরু ওইবা মরমনি। প্রমাণদি :—

নগোপ্রদানং নমহীপ্রদানং নচান্নদানং হি তথা প্রদানং।
যথাবদন্তীহ বুধাঃ প্রধানং সর্ব্বপ্রদানেষ্বভয় প্রদানং॥

Neither the gifts of kine nor the gifts of land, nor the gifts of food do the sages call so superior among all gifts as the gifts of freedom from fear.

৭। পুং, ইশৈ, মুক্না, কাওকৈজনচিংবা মহৈশুমা, অমনা হেক্লি, অমনা হাৎনি হায়বগী-চাং য়েংনবনি, খাঙ, জানচিংবা খুৎলাইশীদি চাং য়েংনবা য়াদে। মরমদি, মহৈ হৈবা, মগুণ কৈবা মীদি, চোক্লগা, শিবগা চপ খাম্লনা থক্লি, অদুনা চোপকদবগী শরুক: শিবনা কৈ হায়না খল্লক-পদগী, অশোয়বা থাওনরকই। মরম অশিদগী মমা-ইভেলী হৌনা ওজা, গুরুজনশিংনা; খাঙ, ভাগী চাংয়েংসি য়াদে হায়না লেপ্লরমই।
সংজাদ হৈবা মীদি :—

১। মশাদা ভিংথং পাম্লি। হায়র্বনি, লোকই, ফাক্সবা য়াদে, ভিংথংনা ত্তৌবগুম ঘুরকই।

২। মীগী মথুক্তগী খুৎলাই লায়না ভাহনবা য়াবা খুংলোদ কৈ।

৩। কৈনা ঙুবদা কৈনাখোন লৈহন্দুনা, খাক্লনা য়ানবদ, খাঙ মরা কৈবা ওবা খুংলোদ কৈ।

৪। পাইবা ওমই, হায়বদি, খোঙলোনগী মতুং ইন্না অমুকী মতীক থুনা, চোংথোক-চোংশিন ত্তৌখি, মহুদা খুম্মন্থবনা পাইবু পাইববা হায়না নিংনবনি।

৫। উইদ্দবা, খাওবা ওমই, হায়বদি, খোঙলোনগী মতুং ইন্না অমুকী খড়িক থুনা লৈথোক-লৈশিন ত্তৌখি, মহুদা মীক্লনা উইদ্দবা, খাওবা ওমরা হায়না নিংবনি।

৬। তারা লাক্লে তরাগী পাজন, চামা লাক্লে চামাগী পাজন কনবা ভমই, হায়বদি খোঙলোন, খুৎলোন, কীবক, ফিজুপ্পা মরম ওইদুনা মীয়াম মরক্তা মশা ভাক্লবা, সাজেল হৈ, মহুদা ময়ায়া তরা লাক্লে তরাগী পাজন, চামা লাক্লে চামাগী পাজন কল্লি হায়না নিংনবনি।

৭। মীয়াম মরক্তা চঙবা, খোকপদা খিংবা য়াদে, ভমদে। হায়বদি মীয়াম মরক্তা, খোঙলোন, খুৎলোনগী মতুং ইন্না লৈখোক লৈশিন তৌখিবদা, মীয়ায়া খিংবা ভমহোদে।

৮। লেপ্পা, কপ্পা, হিপ্পনচিংবা কীবম পুম্বদা, মশাগী ভাক্লবা শাজেন হৈ।

৯। লমগী শাশিংগা পাবা য়াবা মরোন হৈ।

১০। শাকম, লানকমদা, তেঙ্গোল পুবা ওম্বা, শাখোঙ, লাম্হোঙ, শায়ুম, লায়ুম থঙই।

সংস্কার হৈবা হৈতে লানখোবদি, চুম্নগী মশা ভাক্লবা, খাঙ, তানচিংবা মহৈ হৈবতা নম্ভুনা, মহৈ লোশিং অহুগী মতীক চাবা মঙল হাপ্পবা, মশাগী মরম থরা ভাকপা চংলি ; মহুদি :—

১। পরদার মীগী মরা লৈবা লুপী ভাংনদে।

২। মশাগী অমন্থুং অতোপ্পগী লুখাক চাদে।

৩। খাংদা শেংপা কিনা কোক্তা য়েংতে।

৪। পোঙ্গাংখোক, শেকোৎ, মাইরেম্পচিংবা মরী চংপা পোংকী মখাদা লীৎতুনা চাক্তে।

৫। শেখোৎ, মাইরেম্পচিংবা মরী চংপা পোং চাদে।

৬। ময়াংবা, লোম্বা, ককজাই, তোকপা নিংকোকনচিংবা মরোই চাদে।

৭। লুপী ঈশ চিংবা য়াদে, চিংদে।

৮। ওইদবা য়া ভাংবা, অমদি মীগী মপোৎ হুয়ানবা য়াদে।

৯। শা-লান চংপদা মেন থাত্রা হায়া মিয়েন য়েংনা চঙ্দি।

মেন যাত্রাগী রা হায়গে :—

শা-লান চৎলমদাইদা, ঐ শিগনি, শিল্লোই হায়বা মাস্থ পাকনি, পাক্লোই হায়বসি, ঐগী ছায়া মিরেন অদু য়েংগদবনি।

(১) কমাগুবনা অভিয়াদা তাবা ছায়া মিয়েন য়েংবৈ, মহুসি অহাক বদা ঐগী মি-লৈবাক্তা তাবা অদু মুম্না ওাইহাক য়েংলগা, অভিয়াদা মাস্ক য়েংখৎপদা ঐগী ছায়া মিরেনদু ভোনা উগনি। মি অদু য়েংবদা, ওক উত্রবা, পাম্বোম য়াওত্রবদি কত্তবা থুদংঙ্গ। শিগনি থত্তৈনএ।

(২) কন্যাগুবনা মিংশেল্দা ছায়া মিয়েন লাকপা য়েংবৈ, মত্রগুঙ য়েংবদা, ওক, পাম্বোম য়াওদবা উরবদি কত্তে হায়না থুগ্তৈ।

১০। শা-লান চৎপদা স্বর য়েত্তা যাত্রা তৌই,

(১) নোংমাইজিং, লৈপাকপোকপা, শগোলশেম, থাংজ হুমিংশিংদা য়েত্তা স্বর হোবা কান্দা, স্বর চিংশিন্না, য়েংকী খোঙনা হান্না থাংছনা খোঙকাপ মঙা থাংহনা যাত্রা তৌগনি, অদুগা

অনকপা লানগী হায়বদি অথুবা থাক্ত ভাগী লানবু অনকপা লান কৌএ। অদুগা অনকপা অথুবা লানগী যাত্রাদি য়েংকী স্বরদা তৌওা। স্বর অসিদা পরশুরামনা দিগ্‌বিজয় তৌখিবনি।

(২) নিংথৌকাবা, যুমশংকৈশ, ইরাই হুমিংশিংসিদা ওইদা স্বর হোবা মতমদা, স্বর চিংশিন্না, ওইগী খোঙনা কান্না থাংহনা খোঙগাপ ৪ দা যাত্রা তৌও। হুমিংশিদা যাত্রা তৌবদগী, ইরায় লাক্নারামনা লঙ্কা লৈবাকপু জয় তৌখিয়ে। অদুগা অথাপ্পা হায়বদি কুইনা শোক্লগদবা লানবু অথাপ্পা লান কৌএ, অথাপ্পা লান যাত্রাদি, ওইগী স্বরদা যাত্রা তৌগনি।

১১। স্বর ওই, য়েং চপ মান্না হোরবসু যাত্রানচিংবা কত্তে। অদুগা স্বর লৈত্তবদা যাত্রা তৌগে হায়রগা, স্বর লৈবগী খোঙনা হাপ্না থাংলগা, স্বর চিংশিন্নগা যাত্রা তৌও।

১২। করিগুবা চত্তুবা য়াদবা থোক্লবদি, অহিংদা যাত্রা তৌগা অহিংদা যাত্রা তৌরবদি চুমিং অচুম্বা কত্তবা দোষ পুম্বা কোকএ।

১৩। অমৃতযোগ অমসুং মাহেন্দ্রযোগ:

জ্যোতিষকী মত্তা থাইজেংবা অকবা, অশেংবা চুমিং অমি পঙয়াও য়াওনে, নৈত্তেন অচুম্বদি ওইরগা চুমিং খুদিংগী মাহেন্দ্র, অমৃত, বক্র অমসুং শূন্যযোগ অইবা পুংফয়া, নোংমগী অহিং চুংখিল অমি মত্তা পুরি। মসিগী মসুংদা, বক্রযোগ ওইবা পুংফমদা থবক মাঙবা, মহৈ য়াম্দবা, কত্তবা ওই। শূন্যযোগ ওইবদনা মায় পাক্তবা, মহৈ য়াম্দবা ওই।

মাহেন্দ্রযোগ অমসুং অমৃতযোগ ওইবা পুংফমদনা, থবক অরম পুম্বদা মহৈ য়ানবা, মায় পাকপা, পাঙথোকপা ওই।

যাত্রাগী মরুদি নোংমগী য়াহৌবা মতমদা য়ম থৈবা মাঙকৈগী খুংজা চীন পায়ত্তুনা এনা নিংজরিবা লাইবু নিংশিংদুনা থোঙ থাংখত্তরদি, নোংমচুগী তৌরুবা থবক্তা অপাম্বা ফল ফংমনি।

যাত্রাগী মন্ত্র :—

ধেনুর্বৎস প্রযুক্তা বৃষগজতুরগা দক্ষিণাবর্ত্তবহ্নি
দিব্যস্ত্রীপূর্ণকুম্ভাদ্বিজ নৃপগণিকা পুষ্পমালাপতাকা
হৃত্তামাংসং ধৃতংবা দধিমধু রজতং কাঞ্চনং শুক্ল ধান্যং
দৃষ্ট্বা শ্রুত্বাপঠিত্বা ফলমিহ লভতে মানবোগন্তু কামঃ ॥

মথক্কী মন্ত্রসি ইশানা লোকবা, কনাগুম্বনা শেংনবা তাবা, মমিং হায়রিবা পোৎসিংশু উবদা অকবা ফল ফংই।

যাত্রাগী মতমদা উবদা মঙ্গল ওইবা পোৎতি :—

সজ্জাম অকম্বা, থোইহৌ, ঘী, কুমারী, ফিয়াল, সনা, থোইবুং, মণলাম্বা অতৌবা, ঙা অতেকপা, ব্রাহ্মণ, চেং, শামু, চাথর অমিনচিংবা উবদি অকবা থুদমনি।

যাত্রাকালদা শোনলদবা মন্ত্র :—

অ, লোদকা ভোয়ু থয়েত্তু মত্তাঃ ক্রৌড়ন্ত গাথেঃ মর্ষুখাং

শবংশ : ক্ষীবংপ্রশুক্ষণ্ড সুখং শ্বপগু শীতাতপ ব্যাধিভয়ে বিমুক্তা : ।
ইথং মন্ত্রং বিশুদ্ধ ত্মা জপেন্নিত্যং শমাহিত : ।
প্রষাণক লেচ ভথা শ্রোতব্যমভয় প্রদং ॥

১৪ । যোগিনী চক্র—যোগিনী লৈকম।

শুক্লা, কৃষ্ণ। মিনমাঙ-মিন্দুং অনিদা :—

১ মা ৯নি পানবদা-নোংপোক্তা যোগিণী লৈএ ।
২নি-১০নি পানবদা-অন্নাংদা ,, ,,
৩নি ১১নি- ,, মৈরবদা ,, ,,
৪নি-১২নি ,, শনখোঙদা ,, ,,
৫নি-১৩নি ,, মথাদা ,, ,,
৬নি-১৪নি ,, নোংচুপ্তা ,, ,,
৭নি খানিন ,, কেক্রদা ,, ,,
৮নি-থাশি ,, চীংখৈদা ,, ,,

পুং ৩/১ দা যোগিনী অসি অমুক অমুক হল্লকই ।

যোগিনী ...নবা, মাঙওইননা যাত্রা তৌবা অমসুং লৈরবদি, শিবা, অক, অপুন ন'এ, ওইদা, তুংওইনবগা পুন্নমক্তা শিদ্ধি ওইএ ॥

১৫ । লাইজাউ লৈবা মাগকৈ :—

থাগী-১। ৬। ১১। ১৬। ২১। ২৬ নি পানবদা নোংপোক্তা লাইজাউ লৈএ ।

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ,, | ২।৭।১১।১৭ ২২।২৭ | ,, ,, | মথাদা | ,, | ,, |
| ,, | ৩।৮ ১৩।১৮।২৩।২৮ | ,, ,, | নোংচুপ্তা | ,, | ,, |
| ,, | ৪।৯।১৪।১৯।২৪।২৯ | ,, ,, | অন্নাংদা | ,, | ,, |
| ,, | ৫।১০।১৫।২০।২৫ ৩০ | ,, ,, | থক-খাদা | ,, | ,, |

লাইজাউ লৈবা মাগকৈদা চৎথোক চৎশিন তৌবা ক্তে । অহুগা থক-খাদা লৈবা মতমদা, উনচিংবা অন্নাংবা কাবা, পুত্রিনচিংবা তৌবা ক্তে ।

১৬। নষ্ট চন্দ্র — থাশি মায়গৈ—থাগী ভৎনবা চুম্বিং :—

শাজিবু, থরান, পোইচু থাদি চীংখৈদা থা শিএ। নোংমাইজীং নিংথৌকাবা ভৎনৈএ ।

কালেন, লাংবন, ব্রাকচীং থাবি অমাং থাঁ শিএ। স্থুমলকৈশ, ইরাই ভংনৈএ।

ইঙা, মেরা, কাইরেন " নোংচুপ্পা " "এ লৈপাকপোকপা, খা-জ ভংনৈএ।

ইঙেন, হিয়াঙৈ, লমতা " কৌএ " " লগোলশেন, থাংজ ভংনৈএ।

থাশি মায়কৈদা শা, ষণ, ইরোইনচিংবা, মীশু চখোক চংশিন তৌবা কত্তে। থাগী ভংনবা শুমিত্তা, তেকসন, হঞ্জিল্লনবা থবক তৌ-গনি। অকবা থবক তৌবা কত্তে।

১৭। চন্দ্রমা লৈবা মায়গৈ :—

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| মেষ, সিংহ, ধনু | রাশি ০না | পানবা | শুমিত্তা, | নোংপোক্তা | চন্দ্রমা | লৈ। |
| বৃষ, কন্যা, মকর | " ৩" | " | " | মথাদা | " | " |
| মিথুন, তুলা, কুম্ভ | " ৩" | " | " | নোংচুপ্পা | " | " |
| কর্কট, মিন, বৃশ্চিক | ৩" | " | " | অৱাংদা | " | " |

যাত্রা, শা, ষণনচিংবা পুবদা চন্দ্রমা মায়োক্লবদি, মরল, মঙুম কংই কৈ। চন্দ্রমা য়েংলোইনরগা শুভাই য়াইকৈ। ক্লংওইনরবদি অশিবা কংই। ওইওইনরদি অমাঙবা ওই।

## লৈচিনলোন।

সংজ্ঞাল অমদি মৈতৈ হয়েন লাংলোন হৈবা মীদি লৈচিনলোন খঙগদবনি। নোংখৌ মত্তোন অৱাংবদা লৈচিন মচু ৭ না থোকপনে।

শা, লান চংপা মতমদা, লানকমদা, লাম চঙবদা, লান শোক্লিনৈদা, লৈবাক্তী ক্লমিং থুদিংমীসু, অকবা, কত্তবা থুদম থিবিকপু, লৈচিন্না থুমম ওইনা তাকপনে, মচু য়েংজুনা খায়োম শোৱলবনে।

১। লান যাত্রা তৌহনা চংপা মতমদা, মীন থবদা লৈচিন্না মথ লাবলী থবক ওইনা কাবা উরবদি হাকনা কৈএ, লাঙ্গী হ্রোওএ।

মণবীগী মশক ওইনা, মওক তেকনা, মখৈ তংনা উরবদি, লাম্নী অয়াম্বা মাঙএ, লানকমদা কায়হুনা চেন্নে, কস্তে খঙও।

২। লৈচিন্না চুম্বিগুম্না ভাংনা, মখোন মরি ওইনা কাবা উরবদি, লৈবাক অমনা লাম হৌয়কত্র, লাক্তহৈদে, খোয়দনা লান লাকএ খঙও।

৩। লৈচিন্না অভিয়া পুম্বা মচু অহুম খোঁরক্না ভাংলবদি, মরেক নাইনা খোকপা উরবদি, লৈবাক অমনা য়েক্রবা য়াম্মএ, কস্তে খঙও।

৪। লান হাত্রা চেতৌবদা অমদি লাকয় লানকমদা, ঐখোয়গী মুং-শিংনা মখোয়রোমদা শিঙ্ক্রবদি হাকনা কৈএ, মঙ্গল ওইএ, থুনা চঙ-শিল্লো।

৫। লৈচিন্না নোংখৌ মতোম লাইচি মরিমক্তা মচু, অঙাংবা, অশংবা, অঙাওবা, হিগোক, চুপি মানবা (য়াম্না ভাংশিনবা), অতোবনা হীরাওম্না কাংনা খোক্রবদি, ধূম্রকেতু কৌএ, লৈবাক তাকএ, নিংথৌ বশিএ।

মচু ৭ সূত্রবদি কৈএ। লৈবাক্তা মীহাৎ মীপুম্নি লৈএ। খানা চঙখিবা মায়কৈদি কস্তেএ।

৬। লৈচিন্না শা, উচেক, ঙা, শিম্রচিংবগী মশক ওইনা খোক্রপা, মতৈ মতৈ লান খোক্রবা মতৌগুম উরবদি, লৈবাক অতুলগী চংখোকও, থৌমু লিংজেল থাম্রদে, কস্তে, লৈবাক য়াইএ।

৭। লৈচিন্না লিনগী মশক ওইনা চুম্না কাবা উরবদি, লান থুনা ঙমদে, ফুংথাংএ, লৌউ শীংউনা খোক্লেএ খঙও।

৮। লৈচিন্না মীগুম্না খাবোং-লানবোং শেংহুনা, খুংগু-খুংলাই মচু মশিং তনা চঙখোয়া উরবদি, লানকমদগী চেন্নো, শৈনাইবা য়ামএ।

৯। লানকমদা লৈচিন্না মীগী মায়সৈগেরোমদা মীগী মশক ওইনা কাবাং মখোও মথুং, মকোক তেক্না উরবদি, খুংচুংখুংলাইদু হুন্দোক্না উরবদি, মচুমু ভাংনা উরবদি, লানকমদা থুনা চঙও, জয় ওইএ, কৈএ।

১০। লৈচিন্না ভাগী মশক ওইনা কাবা, থোকপা উরবদি, লাম্না অকল অথৌ শোকএ।

১১। লান শোক্লবা মতমদা, লৈচিন্না নোংশা অমস্তুং লাইরেনগী মশক ওইনা লানকমদা মমায় ওনশিন্না লৈবা উরবদি, লানকমম্থ লেপ্পা ওমজেএ। নোংশা, লাইরেন্দু মমায় ঐখোযরোম ওনশিন্না, মঙক-তেক্লা, মখোঙ লোম্না উরবদি, মীনা ওমখিএ, তেক্লোন কাযফুনা চেল্লে।

১২। লান শোক্লবা মতমদা ঐখোয়রোমগী লৈচিনগী, মখোয়রোমগী লৈচিনগী অনিমকস্থ লান শোক্লেএ। তকশিল্লকপা মায়কৈরোমগী তেক্লোলনা ওমএ।

১৩। লান চৎপদা লৈচিন্না লাইরেন মওংগুম লৈরগা মঙক-লেকথনা, য়েৎলোকদা উরবদি অত্তাবা নংএ। লন্থেন ফুলএ কত্তে।

১৪। লান চৎপদা লৈচিন্না শিনগী মওংগুম মাঙদা তৌরম্লবদি চিনচাক ভাঙএ অরাবা নংএ

১৫। লৈচিন অঙৌবা মচুনা পা অহন নোংগুম্না (নোংমা পানবা থাগুম্না) উরবদি লানচিংবা মবুক তম্লে লানস্থ কায়এ।

১৬। লান চৎপদা লৈচিন্না নোংশানা খোংবগুম তৌজনা :লৈরগা উরবদি শামী লাম্মী য়াম্না মাঙহৌএ লাম্দি য়েক্লবকু ওম্লকএ, থুহুন চল্লকএ।

১৭। লান চৎপদা লৈচিন্না ঐখোয়গী থক্তা মীগী মতৌগুম মঙক লেকথনা উরবদি লান চঙহৈদে তেক্লোন চেল্লে। মীগীরোমদা উরগা থুনা চঙও মায় পাকএ।

১৮। লান চৎপদা লৈচিন্না ঐখোয়গী থক্তা লাম্মীগুম্না খোশাবা উরবদি খেন য়েংবা তৌদনা থুনা চঙও মায় পাকএ।

১৯। লান চৎপদা মীগী মশক ওইনা মখোয়গী মথক্তা থাঙ হাইবগী মওংগুম উরবদি, লাইরেককম অমা পুম্না চৎলো তেক্লোন চেৎলো।

২০। লান চৎপদা লৈচিন্না ভানোইবী মতৌগুম ঐখোয়গী ইথক্তা-উরবদি শাদি লালমি, অকল অথৌ থোকএ, য়য়াঙ কায়না কৈএ।

২১। লান চৎপদা লৈচিন্না কৈগী মতোগুম, লানলোমদা মমায় ওনশিন্না উরবদি লান ঙমএ কৈএ।

২২। লান চৎপদা লৈচিন্না শজিগী মতোগুম্না মাঙদা থংলবদি কত্তেএ।

২৩। লান চৎপদা লৈচিন্না কীরাল চিন্দুম্বা, কীরাল তৎপগুম উর-বদি লানক্ন কায়এ কত্তে।

২৪। লৈচিন্না থাংজোং মায়গৈরোমদগী চাংখৈদা থাংলবদি, লান-থাঙ-ভায়এ, লান লাকএ।

২৫। অচৎ-অওংদা ওটরোমদা চুমথাঙ থল্লবদি, য়েক্লববু থুত্তম চল্লে, ওইজা ওইথক ফংএ কৈএ।

২৬। লৈচিন অতোবনা কাগুম্বা থোকপা, কাবা উরবদি লৈচিন ভংনবা কৌএ, মায়গৈ অদোমগী লৈবাক অয়াম্বগী উৎপাৎ ওইয়ে।

২৭। লৈচিন্না রাহোংগী মওংগুম উরবদি মায়গৈ অদোমগী মীশিং-দি লন কংত্তে এ, নিংথৌদি শুণ য়াম্না চাউএ।

২৮। লৈচিন্না শ', ডা অয়াম্বা মহৈ-মহৈ ভাম্নবগুম উরবদি লৈরাক্নী শীম্না-অরাবনে। মায়গৈ অদোমগী লৈবাক মাংএ, উৎপাৎ ওইএ। অউবা অথোকপা মায়গৈরোমগীনে।

লান চঙবদা তোরবদি, অতোবা, অউবা মাইগৈরোমদা য়েক্লবা চাউনা লৈএ। তুংদা থোক্কে লাঙএ। শাজেন হৈনা চঙও। অবাবা লাগনে। চঙলবদি থুন্না হন্দোকএ থঙও।

২৯। লৈচিন্না চোঙ, শেকপীন অতোবগুম্না উরবা, মথোঙ তেকপ-গুম তোরবদি, মায়গৈ অদোমগী লৈমরেন শিএ।

৩০। লৈচিন্না হুমাইগুম, কাঙহাইগুম তোনা উরবদি, নিংথৌ অমগা নিংথৌ অমগা লান শোক্কেএ।

৩১। লৈচিন্না অতৌবা মচুনা চোংবা পানবা খাগী মশকুম্না তোরবদি লায়চিংবা মবুক তপএ, লানন্দু কৈএ।

৩২। লান চৎপদা লৈচিন্না মপশী মওংনা চোং কনবগুম তৌনা সাঙদা থংনা উরবদি, য়াইরেককম অনিবু অমত্তা ওইনা চঙশিল্লো কৈএ।

৩৩। লান চৎপদা লৈচিন্না ধূম্রকেতু মওংগুম মাঙদা থংপা উরবদি কাংডও হল্লো হায়বা থঙও।

৩৪। লৈচিন্না ঈগুম ভাংনা মচুম মচুম কাবা উরবদি, লৈবাক অমদশী লান লাকএ, লাক্ত্রগা লানশী লাইবার (পাউ) লাকএ।

৩৫। লৈচিন অভাংবনা নোংথো লৈবাক অয়াম্বা ভাংলবদি, মায়পৈ চাকপা কৌএ, অহুম স্তরবদি লান লাকএ, লাইশঙ কল্লে।

৩৬। মুনিংগী মথুংদা শথক্তা অমুবা ময়ায়দা অঙাওবা মথাদা অভাংবা ওইরবদি লানকমদা ওইরগা তেক্কোন কাখএ, লানচিংবা শিএ।

৩৭। মুনিংগী অভানবু ঈগুম ভাংলবদি লানকমদা তেক্কোন কায়এ য়ুমদনা শাচিং লানচিংবা শিএ।

৩৮। মুনিংগী মথুংদা মকুশী মওংগুম, মীগুম উরবদি, ঈনা লৌ-থোং চেল্লে।

৩৯। মুনিং থোরকপদা মাহোংগুম উরবদি লৈবাক অচৌবা অশেল য়াম্লেএ।

৪০। মুনিং থোরকপদা লৈচিন্না মথোম মথোমা ' থুরা থোক্ক্রবদি মটৈ মটৈ মাল্লেএ।

৪১। মুনিংগু অবাওবা মচুনা ওই য়েত্তা থংলবদি লৈবাক ভাকএ নিংথৌ মকম শিনগে লাকএ।

৪২। মুনিংগী মথুংদা কীরাম মওংগুম উরবদি, শাবাউ, লানবাউ, কল্লে।

৪৩। মুনিংগী মথুংদা লৈচিন্না মোংশা অমসুং ইল্লোইশী মওংগুম উরবদি লৈবাকী অমাথনে।

৪৪। মুনিংগী মথুংদা শাগোলগুম উরবদি, শা; লান কল্লে।

৪৫। থাশী মোরুম শাংবা মচিনা, মহায়মিঙাক থাংকনা থোক্লবদি নিংথৌ শানবা লৈবাক পুম্বাম্বুম মুনিং মাঙএ।

# সংস্ক্রাল সালামি অমসুং কদম খোঙফম

১। সংজ্ঞান মপী।




খোঙফম — ৩।
খাঙলোন—৬।

২। মচজ্ঞান খাঙন।




খোঙফম—৬।
খাঙলোন—৬।

৩। সংজ্ঞান খাঙনম।




খোঙফম— ৩।
খাঙলোন—১২।

৪। সংজ্ঞান খাঙন নাম সেংবী।




খোঙফম—৬।
খাঙলোন—৯।

৫। সংজ্ঞান পাকন।




খোঙফম—৭।
খাঙলোন—৯।

৬। সংজ্ঞান পাকন।




খোঙফম—৭।
খাঙলোন—১২।

৭। সংজ্ঞাল পাকল।




যোগকম— ৯। খাঙলোন— ১৬।

৮। সংজ্ঞাল পাকল।



যোগকম— ১২। খাঙলোন— ২৭।

৯। সংজ্ঞাল পাকল।




যোগকম—১০। খাঙলোন— ১৫।

১০। সংজ্ঞাল পাকল।




যোগকম—১১। খাঙলোন—১৫।

১১। সংজ্ঞান—খোড়কম



খোড়লোন—খোড়কম—১৭। খোড়লোন— ৫৪।

থাড়লোন— ৩২।

১২। সংজ্ঞান খোড়লোন পাকল।



খোড়কম— ২০। থাড়লোন— ৪৪।

১৩। সংজ্ঞান খোপগুলোর পাঁকল।




খোপক্রম—৪৫। ধাপগুলোন—৪৫।

১৪। সংজাল খোণ্ডলোন পাকল।




খোণ্ডকম—৬৫। খাণ্ডলোন—১০২

১৫। সংজাল খোণ্ডলোন পাকল।




খোণ্ডকম—৪৩—১২৯।
খাণ্ডলোন—৮৬।

১৭। সংজাল খোঙলোন পাকল।




খোঙকম— ১০০।

খাঙলোন — ১০০।

১৮। সংজাল খোণ্ডলোন পাকলা




খোণ্ডলোন— ৬৫।

পাণ্ডলোন— ৬৫—৮৬।

১৯। সংজাল ে'াছলোন পাকল।




শোঙকম— ৭৭।

খাঙলোব—৭৭—৯০।

২০। সংজা'ল খোঙ্‌লোন পাকল।




খোঙলোন— ৯৭।

থাঙলোন— ১৩৩।

# সংজান-সলামি

মতাং অসিদা মৈত্রবাক কংলৈপুঙ ময়োন কোবা মনিপুর লৈবাকসিদা আর্য্যজাতি মৈতৈ অরিবা (Meitei Arya) কাওলুপ্পা লৈবাক নিংথৌ পানবা হৌরগা, লৈবাক নিংথৌ ওাক্লবা, সংজান হায়বা মহৈসিগা লোয়নননা অয়াপ্পা মহৈ মশিং হৌদোক্কুনা শীজিন্নরক্লিবনি, অদুবা সংজান মতৈগী ময়োল থরা নিংশিংলি।

ক্ষত্রি মচানা থুংলাই পায়রবদা, অহানবদা মাবু থুংলাই তম্বিরকপা ওজা গুরুবু থুংলাইগা লোয়নননা থুরুম্মনৈ, থুংলাইগা লোয়ননা ওজা গুরু থুরুম্বা মওং ময়োন অসিবু, ওজা গুরুশিংনা সলামি হায়না চংনৈ।

সলামি:—ওজা গুরুবু অমদি মগুণ লৈবা, অথোইবা অহল লমন ব্রাহ্মণ, পণ্ডিত, বৈষ্ণবনচিংবা মীবু থুরুম্বনা মীওইবগী পুক্নিংদা নোঙ্গুকপা পোকহল্লি। নোঙ্গুকপা হায়বসিনা মীওইবগী নাপন, ময়াই কাব, ঐ মতায়বে হায়বচিংবা মাঙহল্লি। মরম অসিদগী ওজ গুরুনচিংববু ব্যবহার তৌত্রবদি ধর্ম্ম থোক্কে, ধর্ম্ম লৈত্রবদি মীহুনা তম্বা মহৈহু অয়েম্বা ওই, মহয় চাদে, চাওথক্তে। মরম অসিদগী অহানবদা, মহাক্কী থৌজাল্লা মরম ওইহনা, মপান নাইত্রবা সংজান অম দ মৈতৈ হয়েন লাংলোনগী ময়োন থরদং নিংশিংজরি

থুংলাইগী মঙং, মশিংগী মতুংইন্না, সলামি মওং ময়োনশু যাম্নাই অমদুং থেরৈ। থাঙ অমতা পায়বা, থাঙ অনি পায়বা, থাঙ ১ চুজোর ১ পায়বা, চুঙগা তাগা পায়বা, গদা পায়বা, চৈশাং (দণ্ড) পায়বা অসিনচিংবা মওংদা ওজাশিংনা তম্বিরকপা মতুংইন্না সলামি মওং ময়োল থেম্নবা য়ামই।

অহানবদা থাঙ ১ চুজোর ১ পায়বগী সলামি মওং ময়োম নিংশিংলি।

সলামি

খোঙলোন :— অহানবদা খোঙলোন থঙও, মতুংদা খুৎলোনগ লোয়ননা শাজেন তৌও।

2 | 1

নঃ, ১ দা খোঙ ২ ( ওই + য়েৎ ) পুম্না ভিংনা, মায় ২ য়োম ওয় লেপও। ওই নৈহৌরগা—

২ " " য়েৎ কোম্না থাউ (ওই + য়েৎ) পুম্লো, ওই নৈহৌরগ
১ " " য়েৎ ভিংনা হল্লো। অদুগা
২ " " (ওই + য়েৎ) পুম্না চপ ভিংনা লেপও।

খুৎলোন :— য়েৎকী খুৎনা খুৎলাই পায়য়ো, ওইনা চুঙ্গোয় পায়য়ো

২ দা খোঙ য়েৎ থাবদা, খুৎলাই মথক্তোম লয়থংনা লেংবান মথক্তা হাইগৎনা, থাংদোন হুৎ ওম্না পায়য়ো।

১ " " য়েৎ হনবদা, খুৎলাইস্তু নৈথরগা থাং মপাক্তা পায়য়ো।

২ " " (ওই + য়েৎ) পুম্না চপ্তিংনা লেপ্লদা, খুৎলাইগা চুঙ্গোয়গা লোয়ননা নৈথংলগা লাইবক মপাদা থাজহন্না সলামি তৌও।

কদম :— সলামিগী মতুংদা খুৎলাই লয়না লয়না হাইত্তনা, খোঙনা য়েৎ ওইরোমদা হজং হন্দা চৎপা খোঙচৎপু, থাঙগী কদম হায়না থঙনরকই। কদম হায়বদি চৎপা হায়বনি, অদুবু থাঙগী কদম হায়রবদি, চুম্না পঙচং চৎপা নত্তে, নিয়ম নাইনা, য়েৎ ওইদা হজং হন্দা চৎপা, অদুদগী মাঙলোম চঙশিন্না চৎপা, তুংলোম হল্লোক্না চৎপা মরোম্নি।

১ বা কদম :— য়েৎ-ওইদা চুম্না হজং হন্দা চৎপা কদম মরোম।

খোঙলোন :—২ দা খোঙ (ওই + য়েৎ) লেপ্লঙ্গদগী, ওই নৈহৌরগা

৩ " " য়েৎ-থাউ।

2 3 4 5 | 1

৪ " " ওই "
৫ " " য়েৎ "। ওইরোম লয়হুনা
৪ " " ওই কুরুগা থায়মও।
৩ " " য়েৎ থাউ

২ দা খোঙ ওই থাউ য়েংলোম লয়ছুনা
৩ ,, ,, য়েং ফুক্ৰগা থারমও।
৪ ,, ,, ওই থাউ
৫ ,, ,, য়েং ,, ওইরোম লয়ছুনা
৪ ,, ,, ওই ফুক্ৰগা থারমও—অমুম্না হন্না হন্না চংলো।

খুংলোন :— ২ ইগী ৩ দা খোঙ ফুক্ৰা থাবা ইয়োয়নবা, খুংলাইনু য়েংলোম লয়থরগা চুঙোয়গা লোয়ননা থবাক মপাদা পায়রগা, ৪ দা ওই, ৫ দা য়েং থাবগা ইরোয়ননা খুংলাইনু ওইরোম লৈথংনা হাইয়ো, অমুম্না ওই য়েত্তা লৈথং লৈথংনা খুংলাই হাইনা হাইনা চংলো।

অমুম্না খোঙথাং খুদিংগী খুংলাইনু ওইরোম য়েংলোমদা লয়থং লয়থংনা হাইছুনা অরেপ্পা লৈত্তনা চংকনি। অমুম্না খোঙনা খোঙকম কায়দনা চংপা, খুংনা খুংলাইবু ওইরোম য়েংলোমদা লয়না লয়না হায়ছুনা অহানবদা থন্না ভপ্পা চংলম্বদগী, অমুম থন্না থন্না থুনা চংপগা লোয়ননা খুংলাইনু খোঙচংকা মায়না থন্না থন্না থুক্কিন্না হাইনা চংকনি।

২ সুবা কদম :— ওইরোমদগী মাঙলোম চঙশিন্নবা কদম মরোন। খোঙলোন :—

২ দা খোঙ ওই
৬ ,, ,, য়েং ৩ দগী খোঙকাপ ১ মাঙলোম চঙশিন্না থাবা।




৭ দা খোঙ ওই
৮ ,, ,, য়েং
৯ ,, ,, ওই ৭ ডগী খোঙকাপ ১ মাঙলোমদা চঙশিন্না থাবা।
১০ ,, ,, য়েং

১১ দা খোঙ ওই
১২ ,, ,, য়েং ১০ দগী খোঙকাপ ১ মাঙলোম চঙশিন্না থাবা।
১৩ দা খোঙ ওই

১৪ দা খোঙ য়েৎ অন্নুম্না মথং মথং মাঙলোমদা খোঙকাপ অমমম চঙ-শিন্না কদম চৎকনি।

থুংলোন :— খোঙলোনগী মতুংইন্না থুংলাইশ্নু মমাঙগী মতৌকম ওই-য়েত্তা লয়না লয়না হাইছুনা শাজেন তৌগনি।

৩স্নুবা কদম : — য়েৎলোমদগী মাঙলোম চঙশিন্নবা কদম মরোম।

খোঙলোন :—




৫ দা য়েৎ

৬ ,, ওই ৪ দগী খোঙকাপ ১ মাঙলোম চঙশিন্না থাবা

৭ ,, য়েৎ

৮ ,, ওই

৯ ,, য়েৎ ৭ ডগী খোঙকাপ ১ মাঙলোম চঙশিন্না থাবা

১০ দা ওই

১১ ,, য়েৎ

১২ ,, ওই ১০ দগী খোঙকাপ ১ মাঙলোম চঙশিন্না থাবা

১৩ ,, য়েৎ

১৪ ,, ওই অশুন্না মাঙলোম খোঙকাপ অমমম চঙশিন্না থাত্নমা কদম চৎকনি।

থুংলোন :— খোঙলোন চৎপগী ইরোয়মনা থুংলাইশ্নু ওই-য়েত্তা লয়না লয়না হাইছুনা শাজেন তৌও।

৪ শুবা কদম :— ওইরোমদগী তুংলোম হন্নবা কদম মরোম।

খোঙলোন :—




২ দা ওই য়েৎলোম লয়ছুনা ৩ দগী য়েৎ খোঙকাপ ১ তুংহন্না

৩ ,, য়েৎ থাউ।

৭ ,, ওই ,,

৮ ,, য়েৎ ,, ওইরোম লয়ছুনা ১৬ ডগী ওই তুংহন্না

৯ ,, ওই ,,

১০ দা য়েং থাউ

১১ ,,ওই ,; য়েংলোম লয়হনা ১৯ দগী য়েং তুংহন্না

১২ ,, য়েং ,,

১৩ ,, ওই ,,

১৪ ,, য়েং ,, অস্নুন্না খোঙকাপ অমমম তুংহন্না লাক্কেন তৌও।

থুংলোন — মথকী অহুম্বনি।

৫ শুবা কদম .— য়েংলোমদগী তুংলোম হন্নবা কদম মরোন।

খোঙলোন :—




৫ দা য়েং হকচাং ওইয়োম লয়হনা ৪ দগী ওই খোঙকাপ ১ তুংহন্না

৬ ,, ওই থাউ

৭ ,, য়েং ,,

৮ দা ওই থাউ য়েংলোম লয়হনা. ১৬ ভগী য়েং খোঙকাপ ১ তুংহন্না

৯ ,, য়েং ,,

১০ ,, ওই ,,

১১ ,, য়েং ,, ওইয়োম লয়হনা ১৯ দগী ওই খোঙকাপ ১ তুংহন্না

১২ ,, ওই ,,

১৩ ,, য়েং ,,

১৪ ,, ওই ,, অস্নুন্না ওই য়েত্তা খোঙকাপ অমমম তুংহন্না চংলো।

থুংলোন :— হান্নগী মতৌগুম্না হাইগনি।

৬ শুবা কদম অথুবা, য়েং ওইদা চুন্না যান্না থুনা চংপা কদম মরোন।




খোঙলোন :—

২ দা ওই

৩ দা য়েং। য়েং ফুক্রগা ০ দা অহুম থান্নবা, ওইনা খোঙ শীংনা ০ দা লুপ্তো।

৪ ,, ,, । হকচাং ওইরোম লয়হুনা

৩ ,, ওই কুক্লগা অহুম থারমও' য়েংনা শীংলগ' ৩ দা পুল্লো।

২ ,, ওই থাউ । হকচাং য়েংলোম লয়রগ।

৩ ,, য়েং কুক্লগা থারগা, ওইগু শীংনা ৩ দা পুনবা।

৪ ,, য়েং থাবা। অসুম্না হম্না হম্না শাজেন তৌও।

খুৎলোন :— মমাংগী মতৌগুম্বনি।

খোঙ শীংনা পুল্লো হায়বগী অর্থদি, অহানবা থাংখিবা খোঙ অহুনা থাকমদা, অকোনবা খোঙহুনা থাংবা নংদদনা শীংনা চঙহুনা পুল্লবনে, খোঙ থাংবদা মতম চঙবনা থাংবা নংদদনা শীংপনে।

৭শুবা কদম অপাইবা—ওইরোমদগী ম্যাঙলোম পাইশিন্নবগী মরোন।

খোঙলোন :—




২ দা ওই

৫ ,, য়েং (ওই + য়েং) ওই শীংলগা পুল্লো। ৩ দগী খোঙ-কাপ ১ মাঙলোন চঙনা।

৬ ,, য়েং থাউ।

৭ ,, ওই ৫ দগী ওই কুকুনা খোঙকাপ ১ মাঙলোম চঙবা (ওই + য়েং) পুল্লো। (৬ত্তগী য়েং শীংমা চঙবনে)

৮ ,, ওই

৯ ,, য়েং থাউ। ৭ তগী য়েং খোঙকাপ ১ মাঙদা চঙনা, অহুগা ওইগু শীংনা পুল্লো।

১০ ,, য়েং থাউ। অসুম্না মাঙলোমদা খোঙকাপ অমমম চঙ-শিন্না, ভুংগী খোঙনা শীংনা শীংনা মাঙগী খোঙকমদা পুম্না থাহনা কদম চংকনি,

খুৎলোন :— মথক্তী অসুম্না হাইগনি।

৮ শুবা কদম অপাইবা—য়েৎলোমদগী মাঙলোম পাইশিন্নবা মরোন।

খোঙলোন :—

৪ দা য়েৎ।

৫ ,, ওই। ৩ দগী মাঙলোম খোঙকাপ ১ চঙবা, (ওই + য়েৎ) পুল্লো, য়েৎ শীৎনা।




৬ দা ওই থাউ।

৭ ,, য়েৎ ,, । ওইসু শীৎনা (ওই + য়েৎ) পুল্লো।

৮ ,, য়েৎ ,, ।

৯ ,, ওই ,, । ৭ তগী মাঙলোম খোঙকাপ ১ চঙনা (ওই + য়েৎ) পুল্লো।

১০ দা ওই থাউ। অসুম্না মাঙলোম খোঙকাপ অমমম চঙশিন্না তুংগী খোঙনা শীৎনা শীৎনা ঠন্দুনা মাঙগী খোঙকমদা পুম্না থাম্না চৎকনি।

থুংলোন :— মথক্কী মতোংগুম্না হাইরো।

৯ শুবা কদম অপাইবা—ওইরোমদগী তুংলোম হন্নবা মরোন।

খোঙলোন :—




২ দা ওই।

৫ ,, য়েৎ থাউ। ৩ দগী তুংলোম খোঙকাপ ১ হন্না থাবা, (ওই + য়েৎ)

৬ ,, য়েৎ ,, । ওইরোম লয়ছনা।

৭ দা ওই থাউ। ১১ দগী ওই তুংহন্না থাবা। (ওই + য়েৎ) পুল্লো।

৮ ,, ওই ,, । য়েৎলোম লয়ছনা।

৯ ,, য়েৎ ,, । ১০ দগী য়েৎ তুংলোম খোঙকাপ ১ হন্না থাবা (ওই + য়েৎ)

১০ ,, য়েৎ ,, । অসুম্না তুংলোম খোঙকাপ অমমম হন্না, তুংগী খোঙ-শীৎনা শীৎনা মাঙগী খোঙকমদা পুম্না পুম্না হনগনি।

থুংলোনসু—মথক্কী অহুমশুবাই।

১০ শুবা কদম অপাইবা—য়েংলোমদগী ভুংলোম হন্নবা মরোল।

খোঙলোন:—

৪ দা য়েং।

৫ ,, ওই। ভুংলোম খোঙকাপ ১ হন্না থাবা (ওই + য়েং) পুন্নো।




৬ দা ওই। য়েংলোম লয়হনা, য়েংনা।

৭ ,, য়েং। ওইদু শীংনা (ওই + য়েং) পুন্নো।

৮ ,, য়েং। ওইরোম লয়হনা ওইনা।

৯ ,, ওই। য়েংদু শীংনা (ওই + য়েং) পুন্নো।

১০ দা ওই। অদুন্না ভুংলোম খোঙকাপ অমমম হন্না, ভু'গী খোঙনা শীংনা শীংনা মাঙগী খোঙকমদা পুন্না পুন্ন' কদম চংকনি।

খুংলোন:— মথকীগা অন্নানি।

---

# সংজ্ঞাল। খুৎলাই পায়দবা
# (Free hand Skill)

১ বা পারা—সংজাল মপী

খোঙকম ৩। থাঙলোন ৬।

খোঙলোন:—১ দা খোঙ (ওই + য়েং) পুন্না লেপও, ওই কোয়া নৈহৌরগা,




২ ,, ,, য়েং ভিংনা খুদোয়া থারুও।

১ ,, ,, (ওই + য়েং) অমুকন্দু পুন্নগা, য়েং কোয়া নৈহৌরগা

৩ ,, ,, ওই ভিংনা খুদোয়া থারুও। অদুন্না অমুকন্দু

লৌশিংঃ—অময়োমদন্থ মীবু মাঙনবা য়াওদবা (অহিংস ধর্ম্ম ) লৌশিংনা মীবু মাঙনবা হায়া তৌরুজবন্থ, মীনা মাঙনবা তৌরকপা ফুরকপন্থ ওয়নবা, ইশা ভারুবা শাক্তেন হায়া তৌহ্না ভারুগা, মীনা মাঙ-নবা তৌরকপা (হিংসা) হু অহু মরাইনা অত্তম মাঙকখিগনি।

মীবু মাঙনবনা হায়া তৌরুবা (ফুরুবদা) ইশাগী ভারুবা শাক্তেনদি হৈহৌজবদি, মীবু ফত্তনবা তৌরুবা ( হিংসা ) অহুনা মরম ওইহ্না, ঐনা হায়া মাঙগনি। মরম অসিগী সংজ্ঞাপ মহৈদি মীবু মাঙনবা য়াওদবা (অহিংসা), ইশা ভারুবা শাক্তেয়া মরু ওইবা লৌশিংগী মহৈনি।

অহ্ময়দি ওইরগা, মীহ্না মাঙনবা তৌরকপগা লোয়ননা, মহুগী লমন শিংনবা ওইনা, অকবা লৌশিংনা সংজ্ঞাপ মহৈগী অঙকপা লৌশিংগী মরোম য়াওরি।

সংজ্ঞাপগী অহানবা মথৈ অসিগী খোংলোন, থুংলোন, কীবম, ফিহুপ অসি, থুং ওইত্তনা ভাকপা, য়েত্তনা ভাকপা, ওইথেং না ভাকপা থুংলোন অসি নিংখিনা থঙনবদি, মীনা ফুরকপ থুংলাইনা, চৈ ওইরগা চৈনাখোন কংনবা থুংভাক, থাঙ ওইরবন্থ থাঙ মরা থৈবা য়াবা লৌশিংগী মরোম য়াওরে।

মীনা ফুরকপা থুংলাইনা ইশাদা থোকহনবগা লোয়ননা মীগী মথুং-তগী থুংলাইহ্ ভাহনবা য়াবা মরোম লৌশিং য়াওরে।

অহুগা মীনা ফুরকপা থুংলাই ভাকপগা লোয়ননা, মথুত্তগী থুংলাই ভাহনবা অহুনা ইরোমননা মীবু মায়না হুহনবা অমম্বং লংথোকপা য়াবা লৌশিংগী মরোমস্থ য়াওরি।

কীবম :— খোঙলোন শাক্তেন তৌবদা, খোং২ গী খুদোত্তনা দৈপাক্তা লেহুনা য়ারেন তৌও। নমবদি খোংগী শাক্তেনা খুবা য়াবে। খোঙকম ১ দা চৈদোবা খোংদি, কয়াক কোয়া, খুদোত্তনা লেয়গা, কৈদনা হক-চাংগী অক্রবা থীনা লেপও। হকচাংদি থবাক লোংবা, ওইরোম য়েংলোন ইথৈর্দ থৈরগ লোও। অহুনা খোঙকম ৫০ দা ভারুবা খোংবা খুদোন

ভিংবা, কয়াক ভিংবা য়াংমা ভাক্লও। অমুম্না শাক্কেন তৌবদা খাওলোয় চওশিনবা, তুংলোম হৌনোকপগু তমও।

<u>খাওলোন ৬ ওইগী খুত্তনা ও ক্লবা মরোল।</u>

১। ওক ওইদা য়ানবা ভাক্লবা মরোল।

খোঙলোন :— ১ দা (ওই + য়েং) পুন্নবন ওই কোয়া লৈহৌরগা
২ ,, য়েং ভিংনা খুদোম্না ভাক্লও। হকচাং ওইরোম খুপথো।

খুৎলোন :— ওইগী খুদোন খুংখনা, খুনিং থেক্ল, খুবাক্লা, খুদাংনা খুৎলাইগী মনমদা, মপাক্লা, ওইরোমগী মথাদা হৈয়েখো।

২। ওক য়েঙা য়ানবা ভাক্লবা মরোল।

খোঙলোন :— ১ দা (ওই + য়েং) পুন্নগা, য়েং কোয়া লৈহৌরগা
৩ দা ওই ভিংনা খুদোন ভাক্লও। হকচাং য়েংলোম খুপথো।

খুৎলোন :— ওইগী খুদোন য়েংলোম খুংখনা, খুনিং থেক্লা, খুবাক্লা খুদাংনা খুৎলাইগী মপাক্লা, য়েংলোম হৈখোকও।

৩। খাং ওইদা য়ানবা ভাক্লবা মরোল।

খোঙলোন :— ১ দা (ওই + য়েং) পুন্নবনা, ওই কোয়া লৈহৌরগা
২ ,, য়েং ভিংনা খুদোম্না ভাক্ল। হকচাং ওইরোম খুপথো।

৪। খাং য়েঙা য়ানবা খাওয়াল ভাক্লবা মরোল।

খোঙলোন :— ১ দা (ওই + য়েং) য়েং কোয়া লৈহৌরগা,
৩ ,, ওই ভিংনা খুদোন ভাক্লও। হকচাং য়েংলোম খুপথো।

খুৎলোন :— ওইগী খুদোন য়েংলোম খুংখনা, খুনিং থেক্লা, খুবাক্লা খুদাংনা খুৎলাইগী মপাক্লা হৈনা য়েংলোম হৈখোকও।

৫। কোক্লা য়াম্বা ভাক্লবা খুৎলোন।

খোঙলোন :— ১ দা (ওই + য়েং) ওই কোয়া লৈহৌও।

২ দা য়েং তিংনা তাক্লও। হকচাং তিংখৎনা ওইরোম পৈখোও।

খুৎলোন :— ওইগী খুদোন যুংখৎনা, খুবাক্লা, খুদাংনা খুৎলাইগী মনমদা, মপাক্তা মখক্তগী ওইরোমগী মখাদা য়ৈখোও।

৬। খজিন খিনবা তাকনবা খুৎলোন।

খোঙলোন :— ১ দা (ওই + য়েং) য়েং কোম্না লৈহৌও।

৩ ,, ওই তিংনা তাক্লও। হকচাং য়েংলোম থুপখোও।

খুৎলোন :— ওইগী খুদোন যুংখৎনা, তিংনা, খুৎলাইবু খুবাক্লা, খুদাংনা মপাক্তা য়েংলোম কৈনা ইংথু কও।

খাঙলোন ৬ য়েৎকী খুত্তনা তাক্লনা খুৎলোন।

১। ওক ওইদা য়ানবা তাক্লবা খুৎলোন।

খোঙলোন :— ১ দা খোঙ (ওই + য়েং) ওই কোম্না লৈহৌও

২ দা খোঙ য়েং তিংনা তাক্লও। হকচাং ওইরোম থুপখোও।

খুৎলোন :— য়েৎকী খুদোন খুনিং খেক্লা ওইরোম যুংখনা, খুবাক্লা খুদাংনা, খুৎলাইগী মপাক্তা ওইরোম কৈনা য়ৈখোও।

২। ওক য়েত্তা য়ানবা তাক্লবা খুৎলোন।

খোঙলোন :— ১ দা (ওই + য়েং) য়েং কোম্না লৈহৌও

৩ দা ওই তিংনা তাক্লও। হকচাং য়েংলোমনা থুপখোও।

খুৎলোন :— য়েৎকী খুদোন যুংখৎনা, খুনিং খেক্লা, খুবাক্লা, খুদাংনা খুৎলাইগী মনমদা, মপাক্তা, য়েংলোমগী মখাদা য়ৈখোও।

৩। খাং ওইদা য়ানবা তাক্লবা খুৎলোন

খোঙলোন :— ১ দা (ওই + য়েং) ওই কোম্না লৈহৌও

২ দা য়েং তিংনা তাক্লও। হকচাং ওইরোমদা থুপখোও।

খুৎলোন :—য়েৎকী খুদোন ওইরোমদা যুংখনা, খুনিং খেক্লা, খুবাক্লা খুদাংনা খুৎলাইগী মপাক্তা কৈনা ওইরোম ইথোকও।

৪। খাং য়েত্তা য়ানবা তাক্লবা মরোন

খোঙলোন :— ১ দা (ওই + য়েং) য়েং কোম্না লৈহৌও।

৩ দা ওই তিংনা তাক্নও। হকচাং য়েংলোম থুপথোও।

থুংলোন :— য়েংকী থুদোন য়ুংখংনা, খুনিং খেক্ল, খুবাক্লা, খুদাংনা খুংলাইগী মনমদা, মপাক্ত। য়েংলোমগী মথাদা য়ৈথোও।

৫। কোক্তা য়াম্বা ভাক্নবা মরোন।

খোংচলোন :— ১ দ (ওই + য়েং) ওই কোম্না লৈহৌরগা;

২ দা য়েং তিংনা তাক্নও। হকচাং ওইরোম থুপথোও।

থুংলোন :— য়েংকী খুদোন য়ুংখংনা, খুবাক্লা, খুদাংনা, খুংল্যাইগী মনমদা, মপ ক্তা কৈনা য়েংলোমগী মথাদা য়ৈথোও।

৬। খজিন্দা খিনবা ভাক্নবা মরোন।

খোংচলোন :— ১ দা (ওই + য়েং) য়েং কোম্না লৈহৌও,

৩ দা ওই তিংনুও। হকচাংনা য়েংলোম থুপথোও।

থুংলোন :— য়েংকী খুদোন য়ুংখনা, খুবাক্লা, খুদাংনা খুংলাইগী মপাক্তা কৈনা ওইরোমদগী য়েংলোমদা ইথোকও।

থাংচলোন ৬ অসি থুং ওই-য়েংতা ভাক্নবা মরোন।

১। ভক ওইদা য়ানবা ভাক্নবা মরোন।

খোংচলোন :— ১ দা (ওই + য়েং), ওই কোম্না লৈহৌও।

২ দা য়েং তিংনুও। হকচাং ওইরোম থুপথোও।

থুংলোন :— ওইগী থুদোন য়ুংখংনা, খুনিং খেক্লা, খুবাক্লা, খুদাংনা, খুংলাইগী মনমদা, মপাক্ত ওইরোম য়ৈথোও।

২। ভক য়েংতা য়ানবা ভাক্নবা মরোন।

খোংচলোন :— ১ দা (ওই + য়েং) য়েং কোম্না লৈহৌও।

৩ ,, ওই তিংনুও। হকচাং য়েংলোম থুপথোও।

থুংলোন :— য়েংকী থুদোন য়ুংখনা, খুনিং খেক্লা, খুবাক্লা, খুদাংনা খুংলাইগী মনমদা, মপাক্তা য়েংলোমগী মথাদা য়ৈথোও ;

৩। থুং ওইদা য়ানবা ভাক্নবা মরোন।

খোংচলোন :— ১ দা (ওই + য়েং) ওই কোম্না লৈহৌও।

২ দা য়েং ভিংও। হকচাং ওইরোম থুপথৌওন

খুংলোন :— ওইগী খুদোন য়ুংখংনা, খুনিং থেক্লা, খুংলাইগী মনমদা মপাক্তা খুবাক্লা, খুদাংনা কৈনা ওইরোমগী মথাদা য়ৈথৌ।

৪। থাং য়েক্তা য়ানবা ভাকুবা খুংলোন।

খোঙলোন :— ১ দা খোঙ (ওই + য়েং) য়েং কোয়া লৈহৌও।

৩ দা ওই ভিংও। হকচাং য়েংলোম থুপথৌও।

খুংলোন :— য়েংকী খুদোন য়ুংখংনা, খুনিং থেক্লা, খুংলাইগী মনমদা মপাক্তা খুবাক্লা, খুদাংনা কৈনা য়েংলোমগী মথাদা য়ৈথৌ।

৫। কোক্তা চুয়া য়াম্বা ভাকুবা মরোন।

খোঙলোন :— ১ দা (ওই + য়েং) ওই কোয়া লৈহৌ।

২ দা য়েং ভিংলু। হকচাং ভিংখংনা ওইরোম পৈথনা

খুংলোন :— ওইগী খুদোন য়ুংখংনা, খুবাক্লা, খুদাংনা, খুংলাইগী মনমদা, মপাক্তা ওইরোমগী মথাদা য়ৈথৌ।

৬। থজিন্দা খিনবা ভাকুবা মরোন।

খোঙলোন :— ১ দা (ওই + য়েং) য়েং কোয়া লৈহৌ

৩ ,, ওই ভিংও। হকচাং য়েংলোম থুপথৌও।

খুংলোন :— য়েংকী খুদোন য়ুংখংনা, ওইরোমদগী হাইখনা খুবাক্লা খুদাংনা, উপন্নিয়া খুংলাইগী মপাক্তা কৈনা য়েংলোমদা ইহোকও।

---

## সংজাল লৌশিং (Free hand Skill)

সংজালগী ১মা থাবাদগী মথাগী লৌশিং থম্নি পুথোকপা[illegible] লৌশিং অসিদি চুনগী মীনা লাকচদনবগা মত্তনা, মীয়ু লাকচনবা লৌশিং [illegible] থাবানা কোমখনি।

১বা সংজ্ঞান লৌশিং :— নথুং ওইগী থুংচ ৪ (থুবী মাওথক্ক), মীগী মথুং য়েংনা, থুনরোমদগী সুপ্লাই পাযশিনগ্রবদি,

নাম্বোক্কবা লৌশিং :—নথুং ওইত্নু থুবাক থেকচিন্নগা, ওইরোমগী মথক্লোমদা থুনিং থেকচিন্না, থুম্মম শানা চিংথংলো।

শাকচনবা লৌশিং :— ওইগী নথুত্তনা, মথুং থুবাকতু, থুজেংহু মথারোমদা নমথৌ, অহুগা নথুং য়েংনা মথুং য়েংতুগী থুনিং পাযশিন্নগা মথক্লোমদা ইনথংলো, মানা মসি ঙাকপা ঙমগ্রবদি অমদি থাঙলবদি, অথুং য়েংতু ভেক্কনি।

অমনা—নথুং ওইগী থুংচা থুদোল মাঙোনলোম ইনশিল্লো য়েংলোম কোংনা, চিংনা, থুংচা থুদোনগী তাংদগী হোন্না, থুবাক্লোমদা থেকচিন্না কোনশিল্লো অহুগা নাম্বোকও।

২ শুবা লৌশিং :—নথুং ওইগী থুংচা ৪ মথুং য়েংনা থুনরোমদগী লোংনা পাররগা মথক্লোম লৈথেক্কা কাগ্রবদি,

নাম্বোক্কবা :—ওইগী থুনিংহু থেকচিল্লো, ওইগী থুনীহুনা মথুবাক অহু পাযশিন্দুনা, উপশিন্না লৈথৌও, ও'গী থুনিংহু মথক্লোম লৈথরন, নথুবাক্তু মথারোম লৈথনা নাম্বোকও।

হন্নবা :—মথক্কী ১দগী লৌশিংনা মঙোম্পা অমুক হন্নো।

৩শুবা লৌশিং :—য়েংকী থুংচা ৪ মক মথুং ওইনা থুনরোমদগী লোংনা পায়শিন্দুনা কাবা নাম্বোক্কবা মরোন।

নাম্বোক্কবা :—থুদোন চিংনা, মঙোম্পা ইনশিন্না, ওইরোম কোংনা থুংচা থুদোনগী তাংদগী হোন্না লোংনা থুবাক্কা থেক্কা কোনশিন্না, থুঙম, থু জং, থুনিং থেক্কা, চিংশিন্না, থুংচা পুম্বা থেকচিন্না পায়শিন্দুনা নাম্বোকও।

মথক্কী অশিদা নাম্বোকপা য়াগ্রবদি থুবাক থয়ায় থেকচিন্না থুবাককী অক্কনা মথুক্তা নমহুনা ইন্নগা, থুংচা উপথনা মুক্না মথক্লোম শগংলু।

হন্নবা :—নথুং য়েংহুনা মথুং থুবাক থুজেং ওইহুনা মথারোম নথক ওইগী নথুংগা মথুনিং পাররগা মথক্লোম ইনথংলু।

৪ শুবা লৌশিং :—য়েংকী থুংচা ৪ মক, মথুং য়েংনা থুবাক্লোমদগী পায়শিন্দুনা কাবা নাম্বোক্লবা।

নাম্বোক্লবা :—য়েংকী থুনিংছু থেকচিন্না, থুরাক মরুনা, থুজেংনা মথুঙা নম্না, ইনশিন্না মথুবাক অহু পায়শিল্লো, অহুম্না থুবাক্লা মথুবাকপু কম্না পায়শিন্না, মথক্লোম চিংখংনা লাম্বোকও।

হম্বা :—মথুবাকু পায়শিল্লগা, য়েংলোমদা মপাম্বোমছু লৈথেকও, অহুগা মাগী য়েংকী থুনিংছু নথুং ওইনা পায়রগা মথক্লোম ইমথংলু, মথুং ভেকনি।

৫ শুবা লৌশিং :—য়েংকী থুংচা ৪ মক মথুং ওইনা থুনমদগী পায়রগা লোংনা মথক্লোম লৈথেকপা।

নাম্বোক্লবা :—নথুং য়েংকী থুবাকু থেকচিন্না পায়শিল্লো, থুনিং থেকও অহুগা মথুবাকু পায়শিন্দুনা মথারোমদা লৈথৌও, লাম্বোকও।

হম্বা :—মথুবাক ওইছু মথারোম নমথৌ, মথুনিং ওইছু পায়রগা মথক্লোম ইনথংলু।

৬ শুবা লৌশিং :—য়েংকী থুংচাদা ১ থুং য়েংনা থুবাক্লোমদা পায়রগা য়েংলোম লৈথেক্লা কাবা নাম্বোক্লবা মরোন।

নাম্বোক্লবা :—থুবাক্লা মথুং অহু পায়শিন্না, থুবাক মরুনা মথুবাক মথক্লোম মুকথংনা পায়রগা, থুনিং থেক্লা, থুংদান য়ুংথংনা, য়েংলোম হাইথনা নাম্বোকও।

হম্বা :—য়েংকী থুংনা মথুদাং 'য়েংলোম ইম্বোক্লা, পায়শিন্না হম্না মথুবাক্তা পায়শিন্দুনা লৈথেক্লগা, মাগী য়েংলোম চঙছনা লাংও।

৭ শুবা লৌশিং :—য়েংকী থুংচাদা মথুং য়েংনা থুরক চল্লগা ঐগী ওইরোমদা লৈথেক্লা কাবা।

নাম্বোক্লবা :—থুনিং থেকচিন্না, থুনিং মকোনলোম ইনশিন্না, থুনিং য়েংলোম মথক্লোম কাইগথনা, থুংচা ওইরোম [illegible], মথুকছু পায়শিন্দুনা মাগী য়েংকী সেপারোমদা ইনশিন্না লোংনা ইম্বোক্লা লাম্বোকও।

হম্বা :—থুরক চল্লিবা অহু মকোংদা অমুক হম্না লৈথেকও।

৮শুবা লৌশিং :—খুদাং য়েত্তা, মথুং ২ না, য়েং মথক থংনা পায়ঙুনা কাবা নাম্বোক্লবা।

নাম্বোক্লবা :—খুৎচা পায়শিন্দুনা খুত্থম শারগা, খুত্থমহুগী খুনম্না মথুং ওইগী খুবাক মরুদা য়েংলোম মুকথে'ক্লম্নগা, খুত্থম ওইরোম লৈখৎতুনা, মথুং ২ গী কারক্তা, মথক্রোম, খুনিং থেক্লা খুদাং মুকথৎতুনা ওইরোম ল্লোংনা লৈহুনা নাম্বোকও।

হন্নবা :—অহুম নাম্বোকপগা লোয়ননা, খুং য়েংনা মথুং য়েংকী খুদাং পায়হো, অহুগা ওইনা মথুং ওইগী খুদাং পায়রগা, মথুং ২ হু কারন চন্না মুক্তুনা লৈথোকও।

৯ শুবা লৌশিং :—খুদাং য়েত্তা মথুং ২ না ওইনা মথক থংনা পায়-হুনা কাবা নাম্বোক্লবা।

নাম্বোক্লবা :—খুৎচা পায়শিন্দুনা খুত্থম শারগা, খুদংহু মভোন্দা ইনশিল্লমও। অহুগা মথুং ২ গী কারক্তা মথক্রোম খুনিং থেক্লা য়েংলোম হাইথনা নাম্বোকও।

হন্নবা :—নাম্বোকপগা লোয়ননা য়েংনা মথুং য়েং পায়হো, ওইনা ওইহু পায়হোরগা কারন চন্না মুক্তুনা লৈথেকও।

১০ শুবা লৌশিং :—খুদাং য়েত্তা মথুং ২ না, মথাদ' খুৎচা খুরক চন্দুনা মথক্তা খুবী ২ না লোম্ননা পায়হুনা কাবা নাম্বোক্লবা ময়োন।

নাম্বোক্লবা :—খুৎচা পায়শিন্দুনা খুত্থম শাও, য়েংকী পাম্বোমহু কন-শিল্লো, খুদাংনা পায়রিবহু নমথোও, খুনিং থেক্লা, খুদোন ওইরোম কৈনা, মথুং ২ গী কারক্তা খুনিং ইনশিন্দুনা, খুদোল লৈখৎনা নাম্বোকও।

হন্নবা :— অহুম নাম্বোকপগা ইয়োয়ননা য়েংনা মথুদাং য়েং পায়হো ওইনা মথুদাং ওই পায়হোরগা, অনিহু কারন মুক্তুনা লৈথেকও।

সংজ্ঞালগী অহানবা পায়রা অসিদা, খুৎচা কাপা, খুপাও কাবা, পাম্বোম কাহনা লৈথেকপনচিংবা মীনা লাকচবা মবা লৌশিং অপুন্নগী নাম্বোক্কবা চুমগী খুৎকী অমম্নুং পাম্বোমগী লৌশিংতমা মীনা লাকচদনবা লৌশিং পুথোকপগা লোয়নন', হয়া মীবু লাকচনবা লৌশিংগা ইয়োয়নবা মরোম্নি।

অম্নুম্বা মথক্কী নাম্বোক্কবা লৌশিংদগী হেন্দোক্কুনা চৈ থাওনচিংবা খুৎলাই য়াওরবা কাওবদা, চৈনাখোন কংহন্দনা তাকপা, থাও ময়াবু থৈবা য়াবা খুৎলোন, খুৎতাক, অহুদগীসু হেন্দোক্কুনা মীগী মথুক্তগী খুৎলাইসু লাইনা তাহনবা য়াবা খুৎলোন, লৌশিং থম্নসু য়াওরে

মরম অসিদগী চুম্নগী অহানবা পায়রাগী অচম্বা, অভিংবা, য়ায়া লাইবা খোঙলোন, খুৎলোন অসিতা নীংথিনা থওনবা শাক্কেন তৌবদ', অমুক য়ায়া কায়বা মওং ওইবসিনা, সংজ্ঞাল মহৈহসি, অতোপ্পা মহৈদগী তোপ তোপ্পা খেন্নবা, অমম্নুং কায়বা হেনগক্রা হায়না নিংশিংলি।

চৈ, থাওনচিংবা তাকপা, মহু মথুক্তগী তাহমবা লৌশিং পুন্নসু মথক্কী থাওলোন ৬ অহু তাকপা শাক্কেন্না য়াওগ্রে, অহুনা অমুক নৌনা নিংশিংগ্রে। করিগুম্বা চানক্রবসু, সংজ্ঞাল হৈবা অমগা তানব য়াগনি।

---

# খুৎলায় পায়দবা (Free hand Skill)

## ২ শুবা সংজাল—থাওন

থেংকম ৬। থাওলোন ৬।

খোঙলোন :—১ দা খোঙ (ওই + য়েৎ', ওই লৈহৌরগা,

২ ,, ,, য়েৎ, (ওই + য়েৎ, ওই লৈহৌরগা,

৩ ,, ,, য়েৎ,—অইরোম লৈহুনা,

৪ ,, ,, ওই,—অইরোম লৈহুনা,

৫ ,, ,, য়েৎ, ওইগী থাঙদা কৈরা কায়ন লাক্কুনা থাও।



২ দা খোঙ ওই, (ওই+য়েং), য়েং লৈহৌরগা,
৩ " " ওই হল্লো, (ওই+য়েং), য়েং লৈহৌরগা,
১ " " ওই। (ওই+য়েং), অড়গা অমুক হৌবা।

খাঙলোন :—১। ঙক য়েং খাঙয়া লোংনা ওইরোমদগী হাইগৎনা য়ানবা,
২। খাং ওই হাইখনা য়ানবা,
৩। খাং য়েং কৈনা য়ানশিনবা,
৪। ঙক ওই মথক্তগী হাইখনা য়ানবা,
৫। কোক চুয়া য়ানবা,
৬। খোয়দো খিনবা।

সংজ্ঞাল ২শুবসি, খাঙয়াম্দা কায়ন খাওন ওইনা য়াম্লি হায়বগী সংজ্ঞাল খাওন হায়না কৌবনি

খাঙলোম্দি অহানবগা মান্নরবসু, খাঙয়াম্দি মান্নদে। খাঙয়ান মাননদবা মরমদগী খুৎতাকসু য়াম্ন দ। খাঙয়াম্দি অহানবা য়ানবা হৌবদগী মথং মথং খুৎতাকী মতুংইন্না য়ানবা খাঙয়াম্নি। খুৎতাকসু অহানবা তাকখিবা অড়গী মতুংইন্না ইরোয়ননা তাকদবা খুৎলোম্নি।

সংজ্ঞাল খাওনগী খাঙলোন পুম্বা য়েংকী খুত্তনা তাকদবা খাঙলোম্নি। ওইগী খুৎসু য়েংকা ইরোয়ননা অশোয়বা লেম্রনা লৈগনি।

১। ঙক য়েং খাঙয়া লোংনা য়ানখৎপা তাক্নবা মরোন।

খোঙলোন :—১ দা খোঙ (ওই + য়েং) ওই লৈহৌরগা
৩ " " য়েং (ওই + য়েং) ওই লৈহৌরগা
২ " " য়েং।

খুৎলোন :—য়েংকী খুদোল মুৎখনা খুদাংনা, খুবাক্সা, খুৎলাইগী মনমদা মখাদগী মথক্রোম কোখৎনা, খুৎলাইগী মখাদা হকচাং লৈৎনা, খুৎলাই মথক্রোম কোখোক্না ওইরোবদা হাইখো।

ওইদি, খুদোল মুৎখৎনা, খুদিং খেল্লা, চুৎলাইবু য়েংলোমদগী ওইরোমদা কোখোক্না তাকও।

২। থাংগী ওইদা মথক্তগী য়ানশিনবা ডাক্লবা মরোন।

খোঙলোন :— ৩ দা খোঙ য়েৎ ওইরোম লয়ত্নুনা

৪ দা ,, ওই থাবা।

খুৎলোন :—য়েৎকী খুদোন য়ুংথনা, খুনিং থেক্লা, খুবাক্লা, খুদাংনা কৈনা খুৎলাইগী মনমদা, মপাক্তা নমথনা ডাকও। ওইসু খুদোন য়ুংথনা খুৎলাইগী মনমদা মপাক্তা, খুবাক্লা খুদাংনা কৈনা নমথনা ডাকও।

৩। থাং য়েৎ কৈনা য়ানশিনবা ডাক্লবা মরোন।

খোঙলোন :—৫ দা য়েৎ, য়েৎলোম লয়ত্নুনা

২ ,, ওই।

খুৎলোন :—য়েৎকী খুদোল কৈনা য়ু'থনা, খুবাক্ল খুদাংনা খুৎলায়গী মনমদা মপাক্তা, কৈনা য়েৎলোমগী মথাদা য়ৈথনা ডাকও। ওইদি খুদোন য়ু'থনা, তিংনা খুৎলায়বু মথক্লোমদা কোথৎনা ডাকপগী মওংদা লৈয়ো।

৪। চক ওই য়াম্বা ডাক্লবা মরোন।

খোঙলোন :—২ দা ( ওই + য়েৎ ), য়েৎ লৈহৌরগা

৬ ,, ওই হনবা।

খুৎলোন :—য়েৎকী খুদোন য়ুংথৎনা, খুবাক্লা, খুদাংনা কৈনা খুৎলাইগী মনমদা; মপাক্তা মথারোম য়ৈথৌ। ওইসু খুদোল য়ু'থৎনা, খুনিং থেক্লা লৈয়ু।

৫। কোক চুম্না য়াম্বা ডাক্লবা মরোন।

খোঙলোন :—৬ ডা ( ওই + য়েৎ ) য়েৎ লৈহৌ

১ দা ওই থাও।

খোঙলোন :—য়েৎকী [illegible] য়ুংথৎনা, তিংনা খুৎলাইগী [illegible] মপাক্তা, খুবাক্লা খুদাংনা য়েৎ[illegible] নমথনা ডাকও। ওইসু খুদোল য়ুং[illegible] তিংনা লৈয়ো।

৬। খোইদৌ খিনবা ডাক্রবা মরোন

খোঙলোন :—৬ তা (ওই + য়েং) য়েং লৈহৌরগা

১ দা ওই, (ওই + য়েং) ।

খোঙলোন :—য়েংকী খুদোন য়ুংথনা, তিংনা, খুৎলাইগী মপাক্তা কৈনা থুবাক্লা, খুদাংনা য়েংলোম ইনখোকও।

ওইদি খুদোল য়ুংথনা খুনিং থেক্লা মথক্তা লাকদবা খুৎলাইবু য়েংনা লৈয়ো।

২সুবা ১ংক্কাল থাওদগী মখাগী লৌশিং থরসি পুখোকপা য়াই। মসিস্থ চুম্নগী নাম্বোকনবতা নওনা মীবু অমুক হন্না লাকচনবা মরোন কোন্নবনি।

১১সুবা লৌশিং :—য়েংকী খুদাংদা মখুৎ ২ না তিংনা পায়রগা মংগী ওইরোমদা লৈথোক্লা কাবা নাম্বোক্রব।

খুংলোন :—য়েংকী খুনিংহু থেকচিল্লু, ওইগী খুদোনহ্ন, মখুৎ অনিগী কারক অহোবদা মথক্রোমদগী য়ুংথনা খিনখো, মখুৎ য়েংকী খুদাংদা খুদাংনা নমখো, মখুৎ ওইগী মখাদা খুদাংনা মুকৎলু, খুদোন য়ুংথনা, খুনিং থেক্লা ওইরোম হাইদোক্লা নাম্বোকউ।

হন্নবা :—নানখোক্রগা ওইগী খুৎনা মখুদাং ওই পায়হৌ, য়েৎনা য়েংকী খুদাং পায়হৌরগা অনিহ কারল চন্না চিংহুনা হল্লো।

১২ সুবা লৌশিং :—য়েংকী খুদাংদা মখুৎ ২ না পায়রগা নওগী য়েৎলোমদা লৈথেক্লা কাবা নাম্বোক্লবা।

খুৎলোন :—খুনিং থেকচিল্লো, ওইগী খুদোম্না য়ুংথৎনা, মখুৎ অনিগী কারক্তা মখায়োমদগী খিলৎলু, অহুগা খুদাংনা মখুৎ অনিহু ওইগী খুদাংহু নমখো, নখুদাং য়েৎনা মথক্রোম মুকথৎলু, অমুম্না মখুৎ অনিহু কারল চন্না মুক্তুনা নাম্বোকও।

হন্নবা :— নাম্থোক্লকপগা ইরোয়ননা, ওইনা মাগী ওইগী খুদাং পায়হৌ, য়েৎনা য়েৎকী খুদাং পায়হৌরগা, অনিহু কারল চন্না চিংও।

১৩ সুবা লৌশিং :—মখুৎ ওইনা থৌরী মেৎলগা, মখুৎ য়েৎনা চুবাদা খুত্থ্রা থারকপা ঙাক্লবা।

খুৎলোন :—ওইগী খুদোন য়ুংথৎনা, খুনিং থেক্লা, খুদাংনা কৈনা মখুৎ ওইত্ত ওইরোমদা য়ৈথোকও ; ঙকশম লোংনা তুংলোম খিত্তং হন্না, খুৎ য়েৎনা মখুৎ ওইন্নু খুদাংনা কৈনা মথারোম য়ৈথরম্বগা লোয়ননা মখুৎ য়েৎনা ফুরকপহু মথক্লোমদা নত্রগা মখারোমদা য়ৈথনা ঙাকও।

হন্নবা :—মাগী ওইরোম চঙহুনা, য়েৎনা মশাবু মখুৎকা লোয়ননা ফাহুনা মফৈ য়েত্তা ওইগী খুৎনা লামহুনা কারগা, হকচাংনা কৈনা মশাবু মাঙলোমদা, হকচাং থুপথরগা ইল্লু তুগনি।

১৪ সুবা লৌশিং :—মখুৎ ২ না থৌরী মেৎলগা লোংনা ইনবা নাম্থোক্লবা।

লৌশিং :—য়েৎকী খুদোন য়ুংথৎনা, খুনিং থেক্লা, খুদোম্না মথারোমদগী মখুৎ ২ গী কারক্তা থিনগৎলগা, খুদাংনা মখুদাং য়েত্তু নমথৌ, খুনিং মথক্লোম থেকৎলগা মখুৎ ওইবু মথক্লোম মুকথৎলু. ঙকসম ওইরোম থেক্তুনা থুপচিল্লগা শত্তোকউ।

হন্নবা :—অহুম্না নাম্থোক্লগা, য়েৎকী খুৎনা মখুদাং য়েৎ পায়হৌ, ওইনা মখুদাং ওই পায়হৌরগা, নত্রগা য়েৎকী খুৎনা মফৈ য়েৎপু লামহুনা কারগা অাঙলোমদা হকচাং থুপথরগা ইল্লো।

১৫ সুবা লৌশিং :—মপাম্বোম ২ তিংথোক্তুনা হকচাংবু সুপকোল কোন্দুনা কাগে ভোমকপা, কাদনবা।

খুৎলোনঃ—পাম্বোম ২ উপশিন্না তিংনা থাদরগা, য়েৎকী পাম্বোম্না মখুৎ ওইবু য়েৎলোমদা ইম্থোক্লগা মথক্লোম হাইগত্তুনা. হক[illegible]

লৌংলো, ওইগী পাম্বোম্না মপাম্বোম য়েংপু ওইরোম ইল্লমও, হকচাং লুক-থনা, য়েংনা হাইগংলকপা মপাম্বোম ওইবু মশা নপ্পা মশাগা লোয়ননা ফাজিল্লগা, খুং য়েংনা মকৈ য়েংপু লামতুনা ফারগ', থানা মশাবু মাঙ-লোম ইল্লো, তুগনি।

১৬ সুবা লৌশিং :—ওইগী খুৎচা ৪ মক, মথুং ওইনা খুবাক-লোমদগী পায়শিন্দুনা ফাবা নানখোক্লবা।

থুংলোন :—খুনিং থেকচিন্না, খুৎচা পায়শিন্না, খুবাক ময়ায়দা থেকচিন্না খুবাক মরুনা মখুত্তা ইনশিন্ন', য়ুংখংনা লোংনা ওইরোম চিংনা নানখোকও।

হন্নবা :—নাম্বোক্লবা ওই খুদাংনা মখুং ওইতু ওইরোম ইল্লগা মশাবু ফারগা লংও।

১৭ সুবা লৌশিং :—য়েংকী খুৎচাদা মখুং য়েংনা সুপ্পাই পায়-রগা ওইরোমদা লৈখেকপা নাম্বোক্লবা।

থুংলোন :—য়েংকী খুনিং থেক্লা, য়ুংখংনা, খুদোন লুকথন্না মখুং অতু পায়শিন্না, খুবীনা মরু ওইনা মখুং অমুক হন্না লৈশিল্লো, অম্ভুম্না খুং নামখোকপগা লোয়ননা মখুং অতু অমুক হন্না লৈশিনবনা মাবু মখুং লৈখেকপা য়াই।

১৮ সুবা লৌশিং :—য়েংকী খুদাংদা মখুং ২ মা তিংনা, মখুংদাং ২ কারক হোদনা মখুদাং ২ নপ্পনা পায়তুনা ফাবা নম্বোক্লবা।

থুংলোন :—খুদোন য়ুংখনা, খুতুম শাদা কম্না পায়শিল্লগা, উপ্পা খুনিং, মথক থংনা থেকচিন্দুনা, খুনিংনা মঙোন্দা থেক্লা ইনশিন্না মথুদাংদা খুনিংনা থিন্না, খুদোন ওইরোমদা থেক্লুনা, য়েংলোম লোংনা হাইদোক্লা-নাম্বোকও।

হন্নবা ঃ –অসুম্না নানথোক্লবা খুংনা মশাবু কারগা মকৈদা খুংনা কাহ্নুনা হকচাংনা মশাবু মাঙলোমদা ইল্লো, তুগনি।

১৯ সুবা লৌশিং ঃ—য়েংকী খুংচাদা মখুং য়েংনা খুরক চল্লগা য়েংলোমদা লৈথেক্লা কাবা নানথোক্লবা।

খুংলোন ঃ—য়েংকী খুনিংহু থেকচিল্লো, থেকচিল্লিবা খুনিংহু মখারোম নমথৌ, খুবাক্লা মখাক্লাম লৈখংলো, অহুগা খুবাক্তু নশাগী ওই-রোমদা লৈখংলো, অসুম্না খুংচাহু পায়শিল্লগা লৈশিনবহুনা মঙোম্দা হন্না অমুক লৈশিনবনি, অহুগা তৌনিংবা তৌও।

২০ সুবা লৌশিং ঃ—য়েংকী খুংচা ২/২ দা মখুং ২ না নাম নাম্না পায়হুনা উপ্না ওইরবসু, লোংলবসু কাবা নানথোক্লবা মরোন।

খুংলোন ঃ—খুংচা উপ্না পাযরবদি, খুবাক মরু থেকচিল্লগা, মরু-হুনা মখুত্তা নম্না শৌহুনা, খুনিং থেকচিন্না খুদোন খুহুম য়ুংখংনা শংলু।

খুংচা লোংনা পাযরবদি, খুবাক থেকচিল্লগা, ওইরোম লৈহুনা উপ-থোও, অহুগা খুবাক মরু থেকচিন্না, মরুহুনা মখুত্তা নম্লগা সৌহুনা, খুনিং থেকচিন্না, খুদোন য়ুংখংনা শংলু।

---

## ৩ শুবা সংজাল—থাঙনম

খোঙক্ষম ৩। থাঙলোন ১২।

খোঙলোন ঃ— ১ দা খোঙ (ওই + য়েং), ওই কোম্না লৈহৌরগা




২ „ „ য়েং ভিংনা থাবা

১ „ „ (ওই + য়েং), য়েং কোম্না লৈহৌরগা

৩ „ „ ওই ভিংনা থাবা

১ „ „ (ওই + য়েং) পুনবা অসুম্না হন্না হন্নী চংগা।

৩ শুবা সংস্কাল থাঙনমগী খোঙলোনসি, ১বা সংস্কাল মপীগী খোঙলোনগা চপ মান্নে।

থাঙলোন :— ১। ঙক ওইদা য়ানবা থাঙয়ান ২
২। ঙক য়েত্তা " " ২
৩। খাং ওইদা " " ২
৪। খাং য়েত্তা " " ২
৫। কোক্তা " " ২
৬। থক্তিন্দা থিনবা " ২

৩ শুবগী খোঙলোন, থাঙয়ান অসি অহানবা মপীগী খোঙলোন থাঙয়ানগা চপ মান্নে, থাঙয়ান্দা ২/২ রক হনবতনি।

খুংঙাক্তি ওইতবা ঙাকপা, য়েংকী খুত্তনা ঙাকপা, অতুগা ওই, য়েং অসিনা পুন্না ঙাকপা তম্নবা মরোল্লি।

থাঙলোন থাঙয়ান ১বগা মান্নবন্থু, ৩ শুবনা থোইদোকপদি, অমুক অমুক্তা য়ানবগী খুংঙাক্তা মতম্নবদি, মীহুনা লৌশিং তৌনা মকম-তুদা অমুক হন্না য়াল্লকবদি ঙাকপা শোয়গনি, মরম অতুগীদমক অসিরক হন্না য়ানবগী খুংঙাক তম্বনি।

মকম অমত্তদা ২ রক হন্না য়ানবত্থু, শোয়দনবা ঙাকপা তাবদা খুং অসি খুংলাইবু, ইম্বোকপা নত্রগা য়ৈথবা খুংঙাক তক্না, খুং অসি মতোমত্তা থুজিল্লকপদগী নিকনি, মতুনা মীগী খুংলাইদু য়াল্লকনি অমদি মকম অমদা হোংখিগনি হায়বা মতোমত্তা খঙজগনি।

খুংলাই ঙাক্কবগী মরমদা সংস্কাল থাঙনমগী শাক্তেল অসিনা থাইদগী হেন্না কান্নবা মরোল্লি।

য়ানবগী মরমদা, অসিরক হন্না য়াল্লিবন্থু, অহানবা য়ানবতুনা মীগী খুংলাইবু নমতুনা মাঙহন্নবা হোৎনবনি, অকোনবগী থাঙয়ান্না মীগী মশাদা পান্নবা থাঙয়াল্লি, মরম অসিদগী মরোল অসিবু সংস্কাল থাঙনক হায়না কৌরনি।

# ৪ সুবা সংজাল নাম-শেংপি

খোঙলোন ৬। থাঙলোন ৯।

খোঙলোন :— ১ দা খোঙ (ওই + য়েং), ওই লৈহৌরগা



২ ,, ,, য়েং (ওই + য়েং) ওই লৈহৌরগা
৩ ,, ,, য়েং, ওইরোম লয়হুনবা
৪ ,, ,, ওই, ওইরোম লয়হুনবা
৫ ,, ,, য়েং ওইগী মাঙদা লৈনা কারল লাকুনা থাবা

২ দা খোঙ ওই (ওই + য়েং) য়েং লৈহৌবা
৬ ,, ,, ওই হনবা (ওই + য়েং) য়েং লৈহৌবা
১ ,, ,, ওই (ওই + য়েং)

২ সুবগী খোঙলোনগা চপ মান্নৈ।

| | | | |
|---|---|---|---|
| থাঙলোন :—১। ওক য়েক্তা থাঙয়া লোংনা হাইগৎনা য়ানবা থাঙয়ান | | | ২ |
| ২। থাং ওইদা য়ানথবা | ,, | ,, | ১ |
| ৩। থাং য়েক্তা | ,, | ,, | ২ |
| ৪। ওক ওইদা | ,, | ,, | ১ |
| ৫। কোক্তা | ,, | ,, | ১ |
| ৬। খোইদৌ থিনবা | ,, | ,, | ১ |

৪ সুবা লংজাল নাম-শেংপিগী খোঙলোন, থাঙলোন অসি, ২ সুবগা চপ মান্নৈ, থাঙয়াক্পা ২ ময়ক হনবা য়াওরক্তনি। মসিনা ৩ সুবগী থাঙয়াক্পা, মকম-থুদিংদা ২/২ ময়ক হয়া য়ানবগী খুৎথাক তম্বনা; মীহুনা লৌশিং তৌনা, মকম অমদা ২ ময়ক য়ানবা, অমদনা অমুক্তা য়ানবা তৌহুনা, মীহুনী অশোয়বা য়েংবা, ওাকপা শোয়নবা থাঙয়াম্নি। মসিনা মকাময়বনি, অমুক্তা ৩ুবগী খুৎথাক তৌবদা, মীহুনা ২ ময়ক হন্দুনা শোয়হনবা

অনিরুক্ ঙাকপগী খুংঙাক তৌরিবৈদা অমুক্তা য়াম্দুনা তোকথিবনা ২ রক্তী খুংঙাক নিক্লিবৈ অচুম্বী মতুংদা, থুক্সিল্লা অত্তোম্বা মকম অমদা য়াল্লকপন্থু খঙংবা খুংলোম্রি। অচুনা মসি মীনা লৌশিং তৌনা শোয়নবা খাঙ-য়াম্রি খুঙনবা মরোম্রি। মসি নীংথিনা শাজেল তৌবদ', মীনা ফুরকপা, য়াল্লকপা খাঙয়ান পুম্বা ঙাকপা ঙম্বা, শোয়দনবা খুংলোম্রি।

---

## ৫ শুবা সংজাল মরোন

খোঙকম ৭। খাঙলোন ৯।

খোঙলোন :—১ দা খোঙ (ওই+য়েৎ), ওই লৈহৌবা তিংনা




২ „ „ য়েৎ কোম্না খাবা, য়েৎলোম লয়ছুনা

৩ „ „ ওই তিংনা খাবা

৪ „ „ ওই কৈনা কোম্না লোংনা খাবা,

৫ „ „ য়েৎ তিংনা খাব্রুবা, য়েৎলোম লয়ছুনা

৬ „ „ য়েৎ লোংনা হম্না কোম্না খাব (ওই+য়েৎ) য়েৎ লৈহৌবা

৭ দা খোঙ ওই কোম্না হম্না খাবা

১ „ „ য়েৎ তিংনা খাবা

৪ „ „ ওই তিংনা খাব্রুবা

১ „ „ (ওই+য়েৎ) পুম্না খাবা, অমুক হৌবা।

ধ শুবগী সংজাল খোঙলোম অসি চুম্না চৎপা নত্তে ; মসি খোঙগী উম্না, লোংনা, কৈনা খাবা, লৈখোক লৈশিন তৌবা হৌবা খোঙলোম্রি। খোঙপাক অমত্তুং খোঙ অসি উপশিন্না অমত্তুং লোংনা লৈখোক লৈশিন তৌছনা য়াংনা শং শং খাংবা হৌবা খোঙলোননি। খোঙলোন চত্তুনা য়ানবা হান্না ঙমগে।

থাঙলোন :—১। ওইগী চুবা নারুমদা থাঙয়া লোংনা হাইগৎনা য়ানবা

২। য়েৎকী সেগাদা থাঙয়া য়েৎলোম লৈনা হম্রা লোইগৎপা

৩। খোরী থিনবা

৪। য়েৎকী লেংবান য়ান্নবা

৫। খজিন থিনবা

৬। ওইগী পুক্নোপ য়ানবা

৭। কোক য়ানবা

৮। খোইদো থিনবা

৯। য়েৎকী নারুম থাঙয়া য়েৎলোম লৈনা লোইগৎপা।

থাঙলোন থুগায়না য়ানবা হোবা মরে নি। খোঙলোনগী মতুংইন্না য়ানবা, অমসুং ঙাক্নদবা থাঙলোননি। থাঙলোন পুম্বা য়েৎকী থুক্তনা ঙাক্নদবা হুৎলোনি। খোঙলোনগী মতুং ইন্না য়ানবা থাঙলোন্দু খোঙলোনগী মতুংইন্না ঙাক্নদবা থাঙলোনি।

খোঙলোন :—১ দা খোঙ (ওই + য়েৎ), ওই লৈহোরগা

২ ,, ,, য়েৎ লোংনা ফৈনা থাবা। মসিগী খোঙলোন্দা য়ানবা।

১। ওইগী চুবা নারুমদা, থাঙয়া ওইরোম লৈনা লোংনা হাইগৎনা য়ানবদি।

থুৎলোন :—য়েৎকী খুদোন য়ুংখনা, তিংনা, খুবাকী খুনম্না, খুদাংনা খুৎলাইগী মনমদা, মথাদগী মথক্রোম, য়েৎলোমদা কোথোক্না, খুৎলাইগী মথাদা হকচাং লীৎনা ঙাকও।

খোঙলোন :—২ দা য়েৎ কোনবা, য়েৎলোম লয়হুনা

৩ ” ওই তিংনা উপ্না থাবা

২। য়েৎকী সেগাদা থাঙয়া য়েৎলোম লৈনা হম্না য়ানবা ঙাক্নবা।

খুৎলোন :—য়েৎকী খুদোল য়ুৎথনা, তিংনা খুবাক্লা, খুদাংনা, খুৎলাইগী মনমদা মপাক্তা য়েৎলোম মথাৱোমদা নমথো।

খোঙলোন :— ২ দা য়েৎ

৪ ,, ওই কৈনা, লোংনা থাক্স্বা, মসিদা

৩। খোঙী থিনবা ঙাকও।

খুৎলোন :— য়েৎকী খুদোল য়ুংথনা, খুদাং, খুবাক্লা কৈনা, খুৎলাইগী মপাক্তা মনমদা মথাৱোমদা য়েৎলোম ইনথোকও।

খোঙলোন :— ৪ দা ওই ;

৫ ,, য়েৎ— তিংনা উপ্পা থারুও। মসিদা

৪। য়েৎকী লেংবান য়ানথবা ঙাকও।

খুৎলোন :— খুৎকী খুদোল য়ুৎৎনা খুবাক্লা, খুদাংনা কৈনা খুনিং থেক্লা খুৎলাইগী মপাক মনমদা ওইৱোমগী মথাদা য়ৈথো।

খোঙলোন :— ৪ দা ওই ;

৬ ,, য়েৎ লোংনা কৈনা হন্না থাও।

৫। খজিম থিনবা ঙাকও।

খুৎলোন :— য়েৎকী খুদোল য়ুংথনা, খুনিং থেক্লা, খুৎলাইগী মনম, মপাক্তা, খুদাংনা, খুবাক্লা, কৈনা নমথোও।

খোঙলোন :— ৬ তা য়েৎ লোংনা থাবা, ওইৱোম লৈহনা

৭ ,, ওই কোন্না থাবা।

৬। ওইগী পুকনোপ য়ানবা ঙাকও।

খুৎলোন :— য়েৎকী খুদোল য়ুৎথনা, তিংনা, খুৎলাইগী মনম, মপাক্তা, খুবাক্লা, খুদাংনা, কৈনা য়েথলোম নমথনা ঙাকও।

খোঙলোন :— ৭ তা ওই তিংবা

১ ,, য়েৎ কোন্না লোংনা থাবা।

৭। কোক য়ানবা ঙাকও। মৱোল্সি

খুৎলোন :— য়েৎকী খুদোল য়ুৎথনা, খুবাক্লা, খুদাংনা, কৈনা খুৎলাইগী মপাক, মনমদা য়েৎলোম কৈনা ঙাকও।

খোঙলোন :— ১ দা য়েং, য়েংলোম লৈহুনা

৪ ,, ওই, তিংনা উপ্পা থাও।

৮। খোইদৌ থিনবা ঙাকও।

খুংলোন :— য়েংকী খুদোল য়ুংথনা তিংনা, খুৎথাক্লা, খুদাংনা, খুংলাইগী মপাক, মনমদা কৈনা য়েংলোম ইনথোকও।

খোঙলোন :— ৪ দা ওই ;

১ ,, ( ওই + য়েং )

৯। য়েংকী নারুম য়েংলোম লৈনা, হাইগংনা শোইগংপা।

খুংলোন :— য়েংকী খুদোল য়ুংথংনা, লোংনা, খুদাংনা, খুৎথাকমা, খুংলাইগী মনমদা, মথাদগী মথকলোম ওইরোমদা ইরোয়ননা হাইগংনা ঙাকও।

---

# ৬শুবা সংজাল মরোন




Fig 10. খোঙকম ৮ থাঙলোন ১২

খোঙলোন :— ১ দা খোঙ ( ওই + য়েং), ওই লৈহৌবা

২ ,, ,, য়েং কোন্না থাবা, (ওই + য়েং). ওই লৈহৌব

৩ , ,, য়েং, (ওই + য়েং), ওই লৈহৌবা,

৪ ,, ,, য়েং তিংনা থারুবা, কারল কৈনা লাকুনা,

৪ ,, ,, (ওই + য়েং) য়েং লৈহৌবা

৫ ,, ,, ওই, কোন্না থাবা (ওই + য়েং) ওই লৈহৌবা,

৬ ,, ,, য়েং, (ওই + য়েং), ওই লৈহৌবা,

৭ ,, ,, য়েং, কৈনা কারল লাকুনা,

৮ দা খোঙ ওই তিন্নবা,

৫ ,, ,, (ওই + য়েং), ওই লৈহৌবা,

৭ ,, ,, য়েং তিংনা থারুবা,

৫ ,, ,, (ওই + য়েং', য়েং লৈহৌবা,

৮ ,, ,, ওই তিংনা থ বা, ওইরোম লৈহুনা,

২ ,, ,, ওই হন্না থাবা, য়েংলোম লৈহুনা,

১ ,, ,, য়েং হনবা (ওই + য়েং)।

থাঙলোন :— ১। খোইদৌ থিনবা

২। থজিন থিনবা

৩। ওইগী পাম্বোম মপান্দা কৈনা খুহ্না মাঙ থানা ককপা

৪/৫ য়েংকী পাম্বোম মপানগা, য়েংকী ঙকলুগা য়াম্বা

৬। ওইগী নিঙহু য়ানথবা

৭। চয়ম থিনবা

৮। নাথাঙ থিনবা

৯। ওইগী থয়াং থাঙয়া য়েংলোম লৈনা হাইগংনা য়ানবা

১০। য়েংকী থয়াং থাঙয়া ওইরোম লৈনা হাইগংনা য়ানবা

১১। ওইগী নাক্তোন, কৈনা খুহ্না মাঙ থানা উপা চিংনা য়ানবা

১২। য়েংকী নাক্তোন কৈনা খুহ্না মাঙ থানা লোংনা চিংনা য়ানবা

১। খোইদৌ থিনবা তারুবা মরোন।

খোঙলোন :— ১-দা খোঙ ২ পুনবা, ওই লৈহোবা

২ দা ,, য়েং থাবা, হকচাং ওইরোম লৈহুনা।

খুৎলোন :— য়েৎকী খুদোল য়ুংখনা তিংবা, খুনয়া খুৎলাইগী মপাক্তা ওইরোম ইনখোক্লা তাকও। ওইদি খুদোল য়ুংখৎনা, খুনিং থেক্লা, খুৎলাইগী মনমদা য়ৈথৌ।

২। থজিল থিনবা তাক্লবা ময়োম।

খোঙলোন ঃ— ২ দা খোঙ ২ পুন্নবা, ওই লৈহৌবা কোয়া,
৩ দা „ য়েৎ কৈনা থাক্লবা তিংবা।

খুৎলোন :— য়েৎকী খুদোল য়ুংখনা, খুনিং থেক্লা, খুদাঙনা কৈনা খুৎলাইগী মপাক্তা ওইরোম ইনখোক্লা তাকও। ওইমু খুদোল য়ুংখৎনা খুনিং থেক্লা য়ৈথৌ।

৩। ওইগী পাম্বোম মপান্দা, কৈনা থাঙদোন হনজিয়া, খুহুয়া মাঙ থানা কৈনা ককপা তাক্লবা মরোন—

খোঙলোন :— ৩ দা খোঙ ২ পুনবা, ওই লৈহৌবা কোয়া,
৪ দা খোঙ য়েৎ তিংমা থাক্লবা।

খুৎলোন :— য়েৎকী খুদোল য়ুংখনা, খুনিং থেক্লা, খুদাঙনা খুৎলাইগী মনমদা ওইরোম ইনখোকও। ওইদি খুদোল য়ুংখৎনা, খুনিং থেকনা খুৎ-লাইবু মনমদা ওইরোম ইনখোকও।

৪/৫। য়েৎকী পাম্বোম, য়েৎকী ওকলু থাঙয়ান ২ পুয়া তাক্লবা মরোন—

খোঙলোন :— ২ দা খোঙ য়েৎ কোয়া থাবা, য়েৎলোম লৈহুনা,
৫ দা খোঙ ওই তিংনা থাবা।

খুৎলোন :—য়েৎকী খুদোল য়ুংখৎনা, খুনিং থেক্লা, খুৎলাইগী মনমদা খুদাংনা য়েৎলোম ইনখোকও। ওইদি, খুদোল য়ুংখনা, তিংনা য়েৎকী মাঙ থানা লৈরো।

৬। ওইগী নিওহু য়ানথবা তাক্লবা মরোন।

খোঙলোন :— ৫ দা খোঙ ২ পুনবহু, ওই লৈহৌবা,
৬ „ খোঙ য়েৎ থাবা।

খুৎলোন :— ওইগী খুদোল য়ুংখৎনা, খুনিং থেক্লা খুৎলাইবু খুদোয়া

মনমদা মথারোমদা মৈথৌ। য়েত্তি খুদোল য়ুংথনা তিংনা খুৎলাইবু ওইরোম ইনথোকও।

৭/৮। চয়ম থিনবা, নাথাও থিনবা, থাওয়ান ২ পুন্না তাক্নবা মরোল—

খোঙলোন :— ৫ দা খোঙ ওই, য়েৎ পুনবদা।

খুৎলোন :— ওইগী খুদোল য়ুংথৎনা, খুনিং থেক্না, খুৎলাইবু ওইরোম মপাক্না ইনথোকও। য়েৎসু খুদোল য়ুংথনা, খুনিং থেক্না লোংনা ওইরোম ইনথোকও।

৯। ওইগী থয়াং থাওয়া য়েৎলোম লোংনা হাইগৎনা য়ানবা তাক্নবা।

খোঙলোন :— ৬ তা খোঙ (ওই + য়েৎ), ওই লৈহৌবা কোয়া
৭ তা খোঙ য়েৎ থাবা তিংনা।

খুৎলোন :— ওইগী খুদোন য়ুংথৎনা, খুনিং থেক্না খুৎলাইবু মথকলোম ওইরোম, খুৎলাইগী মনমদা খুদাঙনা হাইগৎনা তাকও। য়েৎসু খুদোল য়ুংথনা, খুনিং থেক্না, লোংনা মথারোমদা লাকপবা খুৎলাইবু তাকনা লৈগনি।

১০। য়েৎকী থয়াং থাওয়া ওইরোম লোংনা হাইগৎনা য়ানবা তাক্নবা।

খোঙলোন :— ৫ দা খোঙ য়েৎ ( ৭ তগী লোংনা কৈনা থারবা )
৮ দা খোঙ ওই ( ৬ তগী য়েৎলোম লৈদ্রনা থারবা )

খুৎলোন :— য়েৎকী খুদোল য়ুংথৎনা, খুনিং থেক্না খুৎলাইগী মনমদা খুলাঙনা খুথাক্না, য়েৎলোমদা হাইগৎনা তাকও। ওইদি খুদোল য়ুংথনা খুনিং থেক্না, লোংনা খুৎলাইবু য়েৎলোম কোথৎনা তাকনি।

১১। ওইগী নাক্তোন, থাঙদোন ওইরোম হাইথনা, থাঙ কৈনা, খুহুয়া মাঙ থানা উপ্না চিংনা য়ানবা তাকনবা—

খোঙলোন :— ৫ দা খোঙ ( ওই + য়েৎ ), ওই লৈহৌবা,
২ „ খোঙ য়েৎ তিংনা হয়া থাবা।

খুৎলোন :— ওইগী খুদোল য়ুংথনা, তিংনা, খুৎলাইবু মথারোমদা মপাক্না নমথনা ওইরোম কোৎথোক্না তাকও। য়েত্তি খুদোল য়ুংথৎনা খুনিং থেক্না, খুৎলাইবু মনমদা য়েৎথবগী লৈগনি।

১২। য়েংকী নাক্তোম, থাঙদোল য়েংলোম থম্লা, থাঙয়া লোংনা খুত্তা মাঙ থানা ভিংনা য়ানবা ঙাক্লবা মরোল—

খোঙলোন ঃ— ৫ দা খোঙ (ওই + য়েং), য়েং লৈহোবা

৮ „ খোঙ ওই থাক্লবা।

খুৎলোন ঃ— য়েংকী খুদোল য়ুংখৎনা, খুনিং থেকনা, খুৎলাইবু য়েংলোমগী মথাদা ইনথোকও। ওইদি, খুদোল য়ুংথনা, ভিংনা খুৎলাইবু য়েংলোমদা ইনথোক্লা ঙাক্লবা লৈও।

৬শুবা মরোলসি হকচাং থুপ্পা য়েং, ওই অনিগী ফীবম স্থনা চৎপা তম্লবা মরোল্লি। ফীবম খুৎলোন অমত্তনা থাঙয়ান অনি ঙাকপা হোবা মরোল্লি। খোঙকম অসিগী ভংথাই অমনা য়েংলোম লৈথোক্লনা ঙাক্লবা খোঙলোল্লি। ভংথাই অমনা ওইরোমগী ঙাক্লবা খোঙকমনি।

## ৭শুবা সংজ্ঞাল মরোন

৭শুবা সংজ্ঞাল মরোনসি খোঙকম ১৪ নি। থাঙলোন ১৩ নি। খোঙকম ১৪ গী মনুংদা ৯ না য়েংলোমগী সাজেন তৌনবনি। ভংথাই অমনা ওইরোমগীনি। য়ানবা, ঙাকপা খোঙলোনগী মতুংইন্না তৌগনি।

খুৎলোন ১৩ নি। থাঙয়াদ্দি কোক্তগী কৈবোম য়োবদা থাঙলোন খুগায়না য়ানবা থাঙয়াল্লি। খোঙলোন ১সুং খুৎঙাকী মতুংইন্না থাঙ চিংনা, কৈনা, হাইগৎনা য়ানবা থাঙয়াল্লি। ঙাকপসু খুৎ ওই, য়েং অনিনা হাইদোক হাইজিন তৌনা ঙাকদবা মরোল্লি।




ফীবম ঃ— ফীবমদি, অহানবমক্তা অহানবা ফীবম য়াওয়িবশিং খুৎঙাকী মতুংইন্না, মীনা য়াম্লকদবা থাঙয়ান উবদগী হনবনি। মসিগী অহানবা থাঙয়ানগী খুৎঙাক্তা লাংলোন অহানবগী হায়বদি সংজ্ঞাল অহানবগী খুৎঙাক্লা ঙাকনি, অহুবু

মচুম ওাকলুবদা ইশাগী অশোয়বা উবদগী অহানবা ফিতম ওইরিবনি। মসিনা মথক্কী সংজ্জাল খুংলোন্দগী থোইদোকপা খুংলোননি হায়না খঙগনি।

খোঙলোন :— ১ দা খোঙ (ওই + য়েং) ওই লৈহোৌবা,
২ দা ,, য়েং তিংনা থাবা (৯) থাওয়ান ওইগী পাম্বোম মপান্দা য়ানবা।
৩ ,, ,, য়েং হনবা।
১ " (ওই + য়েং) (২) য়েংকী খুদাও মমুংদা চিংনা য়ানবা।
১ " য়েং লৈহোৌবা।
৪ " ওই থাবা (৩) য়েংকী পাম্বোম মপান্দা য়ানবা।
৫ " ওই তিংলুবা— (৪) ওইগী খুদাও মমুংদা য়ানবা।
২ " ওই (ওই + য়েং) ওই লৈহোৌবা (৫) য়েংকী শদোল কৈনা চিংনা য়ানবা।
৬ " য়েং— (৬) খোয়দো মথক থিনবা।
৬ " (ওই + য়েং — ওই লৈহোৌবা।
৭ " য়েং— (৭) ওইগী কৈবোম মমুংদা কৈনা ককপা।
৬ " (ওই + য়েং) (৮) য়েংকী কৈবোম মমুংদা কৈনা ককপা
৬ " ওই লৈহোৌবা।
৮ " য়েং তিংলুবা (৯, ১০) য়েং, ওইগী খোমথক্তা থিনবা।
৮ " (ওই + য়েং) ওই লৈহোৌবা।
৭ " য়েং (১১) য়েংকী খদাও হাইগংনা য়ানবা।
৭ " (ওই + য়েং)— ওই লৈহোৌবা।
৯ " য়েং তিংলবা—(১২) ওইগী খদাও হাইগংনা য়ানবা।

থাওলোন অপুনবা—

১। ওইগী পাম্বোম মপান্দা য়ানবা
২। য়েংকী খুদাও মমুংদা য়ানবা

৩। য়েংকী পাম্বোম মপান্দা য়ানবা
৪। ওইগী খুদাঙ মচুংদা য়ানবা
৫। য়েংকী সদোল কৈনা, চিংনা য়ানবা
৬। খোইদৌ মথক্তা থিনবা
৭। ওইগী কৈবোম মচুংদা কৈনা ককপা
৮। য়েংকী কৈবোম মচুংদা কৈনা ককপা
৯। য়েংকী খোমথক্তা থিনবা
১০। ওইগী খোমথক্তা থিনবা
১১। য়েংকী খদাঙ হাইগংনা য়ানবা
১২। ওইগী খদাঙ হাইগংনা য়ানবা
১৩। কোক য়ানবা।

১। ওইগী পাম্বোম মপান্দা য়ানবা ঙাক্লবা মরোন।

খোঙলোন :— ১ দা খোঙ (ওই+য়েং) ওই লৈহৌবা
২ " " য়েং তিংলুবা।

খুৎলোন :— ওইগী খুদোন য়ুংখনা, খুনিং থেক্লা, খুবাক্লা, খুদাঙনা, খুৎলাইগী মনক্তা, মপাক্তা কৈনা য়ৌথো। য়েত্তি, খুদোন য়ুংথনা, তিংনা উপশিন্না লৈরো।

২। য়েংকী খুদাঙ মচুংদা য়ানবা ঙাক্লবা মরোন

খোঙলোন :— ১ দা খোঙ ওই
৩ " খোঙ য়েং হনবা
১ " (ওই+য়েং)।

খুৎলোন :— য়েংকী খুদোল য়ুংখনা, য়েংলোম হাইদোক্লা, খুনিং-থেক্লা লোংনা হল্লো। ওইগী খুবাক্লা, খুদোঙনা, খুদোন য়ুংখনা, খুৎলাইগী মনমদা য়েংলোম হাইগংনা ইরোয়ননা ইনথোকও।

৩। য়েংকী পাম্বোম মপান্দা য়ানবা ঙাক্লবা—

খোঙলোন :— ১ দা খোঙ (ওই+য়েং) য়েং লৈহৌবা
৪ " " ওই কৈনা থাক্লবা।

খুৎলোন ঃ— য়েংকী খুদোল য়ুংখৎনা, খুনিং থেক্লা, খুবাক্লা, খুদাঙনা খুৎলাইগী মনমদা, মপাক্তা মথারোমদা য়ৈথনা ভাকও।

৪। ওইগী খুদাও ময়ুংদা চিংনা য়ানবা ভাক্লবা—
খোঙলোন ঃ— ৪ দা খোঙ ( ওই + য়েং ) য়েং লৈহৌবা
৫ " " ওই কৈনা থাক্লবা।

খুৎলোন ঃ— ওইগী খুদোন য়ুংখৎনা, মথকলোম হাইগৎনা হাইদোক্লা লোংনা ওইরোম হনগনি। য়েংঙি খুদোল য়ুংখনা, ভিংনা খুবাক্লা, খুদাঙনা, খুৎলাইগী মনমদা, মপাক্তা ইরোয়ননা মথকলোম ইনখোক্লনি।

৫। য়েংকী শদোন কৈনা, চিংনা য়ানবা ভাক্লবা—
খোঙলোন ঃ— ৫ দা খোঙ ( ওই + য়েং ) য়েং লৈহৌবা
২ " " ওই, য়েংকী মাঙদা কায়ন চন্না থারবা।

খুৎলোন ঃ— ওইগী খুদোল য়ুংখনা, খুৎলাইগী মনমদা, খুদাংনা খুবাক্লা য়েংলোম ইনখোকও য়েংঙি খুদোন য়ুংখৎনা, হকচাং নপ্পা লৈরো।

৬। খোইদৌ মথক্তা থিনবা ভাক্লবা—
খোঙলোন ঃ— ২ দা খোঙ ওই ভিংহৌবা
৬ " " য়েং কোন্না থাবা।

খুৎলোন ঃ— য়েংকী খুদোন য়ুংখনা, চিংনা, খুৎলাইগী মনমদা খুদাঙনা, খুবাক্লা কৈনা নমথোও। ওইদি খুদোল য়ুংখৎনা, খুনিং থেক্লা লৈও।

৭। ওইগী কৈবোম ময়ুংদা কৈনা ককপা ভাক্লবা—
খোঙলোন ঃ— ৬ ডা খোঙ ( ওই + য়েং ) ওই লৈহৌবা
৭ " " য়েং চিংবা।

খুৎলোন ঃ—য়েংকী খুদোল য়ুংখনা, ভিংনা খুৎলাইগী মনমদা খুবাক্লা

খুদাংনা ওইরোমদা ইনথোকও। ওইদি খুদোল য়ুংথনা, খুনিং থেকনা লৈও।

৮। য়েংকী থৈবোম মখুংদা থৈনা কবগা ভাক্কবা—
থোঙলোন :— ৬ ডা থোঙ ( ওই + য়েং )

খুংলোন :— ওইগী খুদোন য়ুংথনা, ভিংনা, খুথাক্কা, খুদাংনা খুং-লাইগী মনমদা, মপাক্কা থৈনা য়েংলোম ইনথোকও। য়েত্তি খুদোন য়ুংথনা, খুনিংথেক্কা, ওইগী মখুংথংনা হবচাং নপ্পা লৈও।

৯/১০। য়েং, ওইগী থোমথক থিনবা ভক্কবা—
থোঙলোন :— ৬ ডা থোঙ ( ওই + য়েং ) ওই চিংহৌবা
৮ ” ” য়েং কোয়া থাবা।

খুংলোন:— ওইগী খুদোন য়ুংথনা, খুনিং থেকনা, খুংলাইগী মনমদা মপাক্কা খুথাকনা ওইরোম ইনথোকও। য়েত্তি খুদোন য়ুংথনা খুংলাইগী মনমদা রৈথগনি।

১১। য়েংকী থদাঙ হাইগংনা য়ানবা ভাকনবা—
থোঙলোন :— ৮ দা থোঙ ( ওই + য়েং ) ওই লৈহৌ
৭ ” ” য়েং কোয়া থাবা।

খুংলোন :—য়েংকী খুদোল য়ুথনা, চিংনা খুংলাইগী মনমদা, মপাক্কা খুদাঙনা য়েংলোম কোথংনা ভাকও। ওইদি খুদোন য়ুংথনা খুনিং থেক্কা লৈও।

১২। ওইগী থদাঙ হাইগংনা য়ানবা ভাক্কবা—
থোঙলোন :— ৭ ডা (ওই + য়েং) ওই ভিংনা লৈহৌবা
৯ ” য়েং কোয়া থাক্কবা।

খুংলোন :—য়েংকী খুদোল য়ুংথনা, খুথাক্কা, খুদাংনা খুংলাইগী মপাক্কা

মনমদা মথকলোম য়্বেথংনা ডাকও। ওইদি য়্বেংনা কোথোরকপা খুংলাইবু ওইরোম ইনথোক্লা ডাকও।

১৩। কোক চুম্লা য়ানবা ডারবা—

থোডংলোন :—৯ দা থোঙ য়্বেং (ওই + য়্বেং) ওই ডিংহৌবা
৬ " " য়্বেং হনবা।

খুংলোম :— য়্বেংকী খুদোন ওইয়্বোমদগী য়্বুংথংলা, খুংলাইগী মনমদা য়্বেথোও। ওইদি খুদোল য়্বুংথনা খুনিং থেক্লা লৈও।

— — —

# ৮-শুবা সংজ্ঞাল

### খোঙলোন-খোঙকম ১২।
### থাঙলোন-থুংলোন ২৭।




খোঙলোন অপূনবা চংনবা ময়োন।

১ দা খোঙ ২ (ওই + য়েং) পুন্না থাবদগী ; য়েংকোন্না লৈহোৎরগা

২ " " ওই তিংনা থারুবা, মসি খোঙকম ১দগী ২ ফাওবা কোন্না য়েকপা পাকলগী মতুংইন্না, থুদোল কোন্না ২ দা থারুবা অহুলগী খোঙ ওইহুনা য়েংলোমদা লোঙথেক্না তিংনা।

৩ " " ওই থাবা, অদা (ওই + য়েং), য়েংস্থ ১দগী ৩ কাওবা পাকল য়েক্লিবা মতুংইন্না ভুংলোমদা কোন্না, তিংনা অদা থাবা। অহুলগী

৪ " " য়েং ভুংলোমদা কোন্না থাঙলগা, কোন্না থাবা, (ওই + য়েং), ৩ দগী খোঙ ওইহু মাঙলোমদা কোন্না লোংনা কৈন্না থাংহুনা ৪ দা পূন্নবা, ওই লৈহোবা।

৫ " " য়েং ভুংলোমদা, কোন্না থাংহুনা কোন্না কৈন্না থাবা।

৬ " " ওই, মাঙদা কৈন্না, লোংনা থাবা। (ওই + য়েং), ওই লৈহোবা।

৭ " " য়েং কোন্না, ভুংলোমদগী কোন্না থাংহুনা কৈন্না থাবা। (ওই + য়েং), ওই লৈহোবা।

৮ দা খোঙ য়েং, তুংলোমদা কোয়া, কৈনা থাবা।
৯ " " ওই, মাঙদা কায়ন চয়া, কৈনা, লোংবা থাবা।
(ওই+য়েং), ওই লৈহৌবা।
১০ " " য়েং তুংলোমদগী কোয়া থারবা।
(ওই+য়েং)। ওই লৈহৌবা।
১১ " " য়েং, তুংদগী কোয়া হয়া থাবা।
১২ " " ওই। (ওই+য়েং)। ওই তিংনা লৈহৌবা।
২ " " য়েং। কোয়া থারবা।
(ওই+য়েং) ওই লৈহৌবা
১ " " য়েং, তুংহয়না থারবা।
(ওই+য়েং)।

কোকপী থবাক কাওবদা য়ানবা, হনবা, হকচাং তংখায়দগী থাঙ কয়া য়ানবা থাওয়ান ৯ নি। মকম, য়ানকমদি—

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ১। | য়েংকী কোক য়ানবা, হনবা অসিনা থাওলোন— | | | ২ | লৌবা। |
| | য়েংকী ওক য়ানবা হনবা | " | " | ২ | " |
| | য়েংকী পাম্বোম " | " | " " | ২ | " |
| | য়েংকী থবাক য়ানবা " | " | " | ২ | " |
| | অকোনবদা করিগুম্বা মকমদা য়ানবা | | " | ১ | " |
| | | | | ৯ | |

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ২। | শদোন্দগী কৈক কাওবদা য়ানবা, হনবা থাওয়াম— | | | ৯ | মকমদি |
| | য়েংকী শদোন য়ানবা, হনবা থাওলোন | | | ২ | " |
| | য়েংকী পুকনোপ " | " | " | ২ | " |
| | য়েংকী খাঙ " | " | " | ২ | " |
| | য়েংকী কৈক " | " | " | ২ | " |
| | অকোনবদা খাঙ হনবা | | " | ১ | " |
| | | | | ৯ | |

৩। কৈবোমদগী খুবোম কাওবদা য়ানবা, হনবা থাওয়ান—৯ মফমদি

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| য়েংকী কৈবোম য়ানবা, | হনবা | থাওয়ান | | ২ | ” |
| য়েংকী খুকউ | ” | ” | ” | ২ | ” |
| য়েংকী খুয়াই | ” | ” | ” | ২ | ” |
| য়েংকী খুবোম | ” | ” | ” | ২ | ” |
| অয়োইবদা থাও কৈবদা | | | ” | ১ | ” |
| | | | | ৯ | |

থাওয়াম্পি—

| | | | |
|---|---|---|---|
| খোঙকম | ১ দা | খোঙ (ওই + য়েং)— য়েং কোয়া লৈহোবা | |
| | ২ ” | ওই- লোংনা, তিংনা থাবা মসিদা ১বগী থাওয়ান | ২ |
| | ৩ ” | ওই লোংনা কোয়া থাবা, মসিদা থাও ওইরোম কৈরগা য়েংকী শদোল য়ানবা | ১ |
| | ৩ ” | (ওই + য়েং) মসিদা থাওদোন য়ুংথবা ( শবোম য়ানবগী হনবনা ) | ১ |
| | ৪ ” | য়েং থাবদা য়েংকী কৈবোম য়ানবা | ১ |
| | ৪ ” | (ওই + য়েং) মসিদা থাও হয়া য়ুংথংপদা | ১ |
| | | | ৬ |

মথকী অহয়া খোঙকম ৪, ৫, ৬, ৭ তা মথকী খোঙলোন চত্নুনা থাওয়ান য়েংকী ভক, য়েংকী পুকনেপ, য়েংকী খুকউ য়ানবগা, হনবদা থাওলোন ৬।

মথকী অহয়া—

খোঙকম ৭, ৮, ৯, ১০ দা চত্নুনা, থওয়ায়া,

য়েংকী পাম্বোম, য়েংকী খুং, য়েংকী খুয়াই য়ানবগা হনবগদা থাওলোম

মথকী অহয়া—

খোঙফম ১০, ১১, ১২, ২ দা চঙুনা থাঙয়ান,

য়েংকী থবাক, য়েংকী ফৈরু, য়েংকী থুবোম, য়ানবগা হনবগদা

থাঙলোন— ৬

অতুদগী খোঙফম ২ দা ওইগী খোঙ, ১ দা য়েং থাবদা, কোক, য়ানবগা হনবগা, থাঙ ফৈবগদা থাঙলোন ৩

অতুনা পুম্না থাঙলোন ২৭নি।

## থাঙয়ান ঙাক্লব খোঙলোন, খুৎলোন

থাঙয়ান ১।২; য়েংকী কোক য়ানবা, হনবা ঙাক্লবা মরোম—

খোঙলোন :— ১ দা খোঙ (ওই + য়েং, য়েং কোম্না লৈহৌবা,

২ „ „ ওই কোম্না তিনা থাক্লবা।

খুৎলোন :— য়েংকী খুদোন য়ুংখৎনা, খুৎলাইগী মনমদা খুবাকনা খুদাঙনা য়েংকী মথারোমদা লৈবৌ। ওইদি খুদোন য়ুংখৎনা খুনিং থেক্লা, খুদোন য়েংলোম য়ুংথনা, য়েংকী খুৎকী মঙ থানা কারুন চম্না লৈযো।

থাঙয়ান ১।৪ য়েংকী শদোন ফৈনা য়ানবা হনবা ঙাক্লবা মরোন -

খোঙলোন : - ১ দা য়েং তিংহৌবা

৩ দা ওই লোনা, কোম্না, থুপথনা থাবা।

খুৎলোন :— ওইগী খুদোল য়েংলোম য়ুংথনা, কৈনা খুবাক্লা, খুদাংনা খুৎলাইগী মনমনা, মপাক্ত মনথনা, ওইরোম কোথোক্লা ঙাকও। য়েত্তি খুদোল য়ুংথনা, খুৎলাইগী মননদা নমথনা, ওইরোম হৈনথোকও।

থাঙয়ান ৫/৬ য়েংকী ফৈবাম য়ুংথনা, হাইগ না য়ানবা, হনবা ঙাক্লবা মরোন—

খোঙলোন :— ১ দা (ওই + য়েং) ওই লৈহৌবা

৪ দা য়েং ফুংলোনদগী উপ্না, কোম্না, কৈনা থাক্লবা

(ওই + য়েং)।

খুৎলোন ঃ— ষেৎকী খুজোল মুৎথনা, ফিংথা, খুলাইগী মনমদা, মপাক্তা, খুবাক, খুময়া ইরোয়ননা ওইরোমদা ইনখোকও। ওইদি খুজোল মুৎথনা খুদিং থেন্না. ষেৎকা কায়ন চন্না লৈরো।

থাঙলোন অতৈক্ মথকী থাওয়ান অমুম্বা য়ানগনি, খুৎতাকমু মথকী মরোন অমুম্বা ওাকনি। থাওয়ান, খুত্তাক, খোঙলোন চপ মান্নবংমু য়ানকম হোংবনিনা হকচাং খুম্বা নমথনা কিহুপ য়াওনা থাঙলোন, খুৎলোন তৌগনি।

অকোনবদা খোঙকম ২ওবনা, খোঙ অনি পুনবদা, খোঙকম ১দা ষেৎকী খোঙ হনবা, ২দা ওই লৈহৌবা অহুদা থাঙ য়ানবা, হনবা মুং থাঙ কৈখা অহৎসি থান্নগা থাঙলোন ২৭ ওবনি।

থাওয়ান খুদিংদা, থাঙলোন ইশাগী ওইরোমদগী খুপ্তুনা থম্বা থাঙবু হাইগৎনা, হাইজিন্না, হাইথনা, ষেৎথংবা হকচাংজনা মাঙ থানা চঙ্হনা ওইরোম থংবা হকচাংনা মুং থনা, ওইরোমদগীতা থাঙ পুখোক্লনা য়ানবা থাওয়াননি।

অহুনা ৮ওবগী মরোনসি, হকচাংদা থাঙ থুপচিন্না, খুৎলাইবু অসোমথা য়াম্নকনি হায়বা থঙহন্দনা, চক্রি ওোনা য়ানবা থাওয়াম্নি। থাওয়াননি পওয়ান হেক্তা য়ানশিনবা নত্তে, য়ানগে উৎলহা, য়াম্নগা হায়বদি পানগদবা ওইরগা য়ানবা য়াত্রগা হায়বদি হকচাংদা পান্নোইদবা থাওয়ান ওইরগা খুনা হনবা লৌশিং তৌনা য়ানবা থাওয়াননি, অহুনা অহনবমু থাঙলোন মশিং চনবনি।

৭ওবা মরোন্দা পাখোম য়ানবদা খুনাংদা অহোবা উহনা খুজেত্তদা য়ানবান্নি (খুজেত্ত ৰকপা থাওয়ান) ১মুং মহুগী খুৎতাক য়াওথবনিনা, ৮ওজাদি মহুগী থাওয়ানবু হোংহনা থাঙদোম্না মাগী মথুং অনিগী মরক্তা হাইজিন্দুনা শঙোয়াচিংবা মকমদা য়ানশিনগে তৌবনি।

৮ওবসিগী থাওয়ান্দি, মক ওইনা হকচাংগী মথক, মথাদা হায়বদি

কোক্তা, খোঙদা য়ানগে তৌবনি। অহুনা, মথক্তা থাঙ য়ানগে উৎলগা য়াক্রগা থুনা থাঙ হেক হন্দুনা মথাদা খোঙদা য়ানগে হোৎনবনি।

অকোনবদা থাঙ কৈবা অদুবু থাঙলোন মশিং চল্লিবসি, থাঙয়ান অহুনা পানগদবা ওইরগা য়ানবা, পাল্লোইদবা ওইরগা হনবা, অহুদগী থাঙ কৈহুনা হকচাংগী ময়ায় শদোম্লচিংবদা য়ানগে তৌবনি, মহুদা য়ানবা য়াদহুনা তোকপনি, অদুমা থাঙ কৈবদু থাঙলোন মশিং চনবনি। থাঙ কৈরগা মহু হকচাংদা থাঙলোন মুংথনা থুপচিল্লা, থাঙ মাঙহনবনি, হায়রবদি খুৎলাইবু মাঙহনবগুম, হকচাংদা থুপচিনবগুম তৌনা শীজিন্নবনি।

অয়োইবদা কৈবোম্লচিংবা মকমদা য়ানবদি থাঙ হকচাংদা থাঙলোন মুংথনা, থুপচিল্লা, ওইরোমদগী থাঙলোন হাইগৎনা, থাঙ লোংনা য়েংথবা হকচাংনা মাঙ থানা য়ানবনি, য়ানকমদি, মীহুনা চপ ভিংনা চুল্লা লেঞ্জবা লৈরগা মাগী ওইথংবা শরক্তা য়ানকম থোকই, অদুবু মীহুনা মথক্তী থাঙয়ানগী ভাকনবদা খোঙলোন ফীবম্লা খোঙ ওইনা মাঙ থানা খোঙ য়েংনা ভুং থংনা কায়ল চল্লা থাবা ময়মদগী মাগী ভুংদা লৈবা য়েংকী খোঙদা য়ানকম ওইবনি।

৮শুবগী খোঙলোমগী ময়মদা, খোঙলোন পাকল কোল্লা য়েক্লিবা মওংগী মতুংইল্লা খোঙ থাংহুনা খোঙগী চেকশিনবা খোঙলোন হৌরকপনি অহুনা চুল্লগী খোঙকম হায়বগী মহুক্তা খোঙলোন হায়রিবনি মশিনা ৮শুবগী খোইজোকপা ময়োন অমনি।

ভুংদা কায়ন চল্লা লৈঞবা য়েংকী খোঙদা অহোবা উহুনা মহুদা য়াল্লকদবা থাঙয়ান অহুগীদমক ভারুবা খোঙলোন পাকলসি কোল্লা য়েকপা খোঙলোম্লি মসিমহু ৮শুবগী খোইজোকপা খোঙলোন পাকল ময়োন অমনি।

— — — —

# ৯শুবা সংজাল

## ৯শুবা সংজাল মরোনসি খোঙকম ১০ থাঙলোন ১৫ নি




খোঙলোন অপুনবা শাজেন তৌনবা মরোন :—

১ দা খোঙ (ওই + য়েং) য়েংকী খোঙদোল্লা খোঙকম ১০, ৯, ৭, ৬, ৫ দা
তিনো, কোয়না, থুনা কোয়রক্লগা, ১ দা হনজিন্নুনা থাবা।
( ওই + য়েং ); য়েং লৈহৌবা।

২ দা খোঙ ওই তিনা থারুবা।

১ দা খোঙ ( ওই + য়েং )। ওই লৈহৌবা।

৩ ,, ,, য়েং। ( ওই + য়েং )। ওই লৈহৌবা।

৪ দা খোঙ য়েং। (ওই + য়েং)। য়েং লৈহৌবা

১ ,, ,, ওই হন্না তিনা থারুবা

৪ ,, ,, ( ওই + য়েং )। ওই লৈহৌবা

৩ ,, ,, য়েং। (ওই + য়েং)। য়েং লৈহৌবা

৫ ,, ,, ওই। (ওই + য়েং)। ওই লৈহৌবা ; ওইয়োম লৈহুনা

৬ ,, ,, য়েং। (ওই + য়েং)। য়েং লৈহৌবা

৪ ,, ,, ওই। (ওই + য়েং)। ওই লৈহৌবা

৭ ,, ,, য়েং।

৬ ,, ,, য়েং হনবা

৪ ,, ,, (ওই + য়েং)। ওই লৈহৌবা

৭ ,, ,, য়েং। (ওই + য়েং)। য়েং লৈহৌবা

২ দা খোঙ ওই। (ওই+য়েৎ)। ওই লৈহোবা
৮ ,, ,, য়েৎ
৭ ,, ,, য়েৎ। (ওই+য়েৎ)। ওই ... ওইরোম লৈহুনা
৯ ,, ,, য়েৎ। য়েৎলোম লৈহুনা
৮ ,, ,, য়েৎ। (ওই+য়েৎ)। ওই লৈহোবা
১ ,, ,, য়েৎ হুনবা
৮ ,, ,, (ওই+য়েৎ)। য়েৎ লৈহোবা
৯ ,, ,, ওই ওইরোম লৈহুনা
১০ ,, ,, য়েৎ (ওই+য়েৎ)। ওই লৈহোবা
৮ ,, ,, য়েৎ।
১০ ,, ,, (ওই+য়েৎ) .. ওই লৈহোবা
১ ,, ,, য়েৎ। (ওই+য়েৎ)।

৯শুবগী খোঙলোনসি খোঙকম ১০ নি। খোঙকম অমা (ক) থাম্বিবা মকমসি; মাঙোন্দা থান্নবা মরমদি, য়েক্লবনা চক্রি তৌনা ঐগী য়েৎথংবা হকচাংদগী হৌনা হান্না খিনবা, ফূবনচিংবা হৌরকই, মহু ডাকবা য়োৎনবদা খোঙসি থা মচেৎ শানা য়েক্লিবা পাকলদা মং ১০, ৯, ৭, ৬, ৫ দা য়েৎকী খোঙদোন্না, ওইরোমদগী হৌনা থুনা লৈরকপা মতমদা খোঙসি কৎ চিং-শিনবদা, খোঙকম থাদবা (ক) মকমসি য়োহৌবা নংদে, মান্ন য়োক্লদা খিনবা, ফূবনচিংবনা হানখিহুনা, ডাকপা থীনবা, ত পহৌগদবা মরমদগী মাবু খোঙকম থান্নদবনি।

অদুনা খোঙলোনসি য়েক্লিবা থা মচেৎ শানা কোন্না য়েকপা পাকলগী মতুংইন্না খোঙদোলদি ওইরোমদগী হৌনা লৈহুনা থাংলুরগা হান্নগী মকম (১) দা হঙ্গিন্দুনা থাবগা, ওইগী খোঙনা থুনা (২) দা থান্নবা, খোঙ অসি কৎ; হৎ লৈরম্বগা শৎ চিংশিনবা, অসুম্না থুনা কৎ, কৎ, শৎ, শৎ থাংগদবা খোঙলোম্নি।

## থাঙলোন ১৫ অপুনবা

১। য়েংকী পুকনোপ থিনবা

২। য়েংকী থবাক থাঙদোন য়ুংথনা য়ানবা

৩। য়েংকী লেংজুম য়ানবা

৪। য়েংকী শদোন য়ানবা

৫। য়েংকী খদাঙ থাঙয়া য়েংলোম লোংনা শোইগংপা

৬। য়েংকী ঙক য়ানথবা

৭। ওইগী পুকনোপ থাঙদোন ওইরোম লৈনা য়ানবা

৮। ওইগী নিঙজোন য়ুংথনা থানথবা

৯। য়েংকী নিঙজোন য়ুংথনা য়ানথবা

১০। থবাক থিনবা

১১। য়েংকী খুজেং মহুংদা চিংনা য়ানবা

১২। ওইগী খুজেং মহুংদা চিংনা য়ানবা

১৩। ওইগী ঙক য়ানবা

১৪। কোক য়ানথবা

১৫। য়েংকী লুশমদা য়ানবা।

### থাওয়ান অমসুং খোঙলোন

৯ওবগী থাওয়ানম্ না খুৎলোন চক্র লৈবগুম, থা মচেৎ শানা লৈরগা মীগী খুৎলাইবু মাংহন্না, ফুকম থঙহন্দনা, চক্রি জোনা, লুনা য়ান্নবা হোৌবা থাওয়ারি। মীগী য়েংথংবা শরুক্তা থিনবা, য়ানবা হোৌবা থাওয়ারি, অচুনা ঙাকপম্ না খুং লৈনা লৈনা ঙাকপা; খোঙম্ না কোয়া, লৈনা লৈনা হাইদোক থাংবা খোঙলোয়রি।

১বা থাঙলোন :— য়েংকী পুকনোপ্তা থিনবা ঙাকবা মরোন :—

খোঙলোন :— ১ দা খোঙ ( ওই + য়েং ), ওই লৈহৌরগা, য়েংন খোঙকম ১০, ৯, ৭, ৬, ৫ দা লৈনা শোকনা কোইরুরগা, খোঙকম ৩ য়োম

খোঙ চিংশিন্দুনা ১ দা (ওই+য়েৎ)। য়েৎ লৈহৌবা। ২ দা খোঙ ওই শৎ ফিংনা থাক্লবা।

খুৎলোন ঃ—য়েৎকী খুদোল য়ুৎখৎনা, য়েৎলোমগী মথকলোমদগী হৌনা য়েৎলোম হাইথনা লৈরকুনা, খুবাক্লা, খুদাওনা খুৎলাইগী মনমদা, মপাক্লা য়েৎলোমগী মথাদা য়ৈস্নৌ।

২শুবা থাঙলোন ঃ— য়েৎকী থবাক থাঙদোন য়ুৎথনা, য়ানবা তাক্লবা—

খোঙলোন ঃ— ২ দা ওই। ওইরোম কোম্না লৈনা, থা মচেৎ শানা লৈনা হন্দুনা

১ দা (ওই+য়েৎ)। ওই লৈহৌবা।

৩ দা য়েৎ কৈনা, ফিংনা থাক্লবা।

খুৎলোন ঃ— য়েৎকী খুদোল য়ুৎথনা, ফিংনা খুৎলাইগী মনমদা য়েৎ-লোমদগী ওইরোমদা ইনখোকও।

৩ ১মুং ৪শুবা থাঙলোন য়েৎকী লেংজুম, য়েৎকী পুক্লোপ য়ানবা তাক্লবা—

খোঙলোন ঃ— ৩ দা (ওই+য়েৎ)। ওই লৈহৌবা

৪ ,, য়েৎ। (ওই+য়েৎ)। য়েৎ লৈহৌবা

১ ,, ওই হনবা

৪ ,, (ওই+য়েৎ)। ওই লৈহৌবা

৩ ,, য়েৎ।

খুৎলোন ঃ— য়েৎকী খুদোন য়ুৎখৎনা, থা মচেৎ শানা, চক্রশুম লৈরু-বগী মথকলোম লৈথৎপদা ৩শুবা লেংজুম য়ানবা তাক্লমও। অদুদগী খুদোল য়ুৎথনা লৈথরকপদা, খুদোল য়ুৎখৎনা খুনিং থেক্লা য়েৎলোম ইনখোরকপদা ৪শুবা পুক্লোপ য়ানবা তাকও।

৫শুবা থাঙলোন, য়েৎকী থদাঙ লোনা, থাঙয়ানগী য়েৎলোম ওন্না য়াম্খৎপা

খোঙলোন ঃ— ৩ দা (ওই+য়েৎ)। য়েৎ লৈহৌবা

৫ ,, ওই ফিংনা, কৈনা থাক্লবা।

খুৎলোন :— ওইগী খুদোল য়ুংখৎনা, খুবাক্লা, খুদাংনা, খুৎলাইগী মনমদা ওইরোমদগী হাইগৎনা ইনখোকনা তাকও।

৬শুবা থাওলোন :— য়েংকী তক থানথবা তাক্লবা—

খোঙলোন :— ৫ দা ওই। ওইরোম লৈছনা
৬ ,, য়েং।

খুৎলোন :— য়েংকী খুদোল য়ুংখৎনা, খুনিং থেক্লা, খুৎলাইবু য়েং-লোম রৈখৌও।

৭শুবা থাওলোন— ওইগী পুকনোপ য়ানবা তাক্লবা—

খোঙলোন :— ৬ দা (ওই + য়েং)। য়েং লৈহৌবা।
৪ দা ওই। (ওই + য়েং)। ওই লৈহৌবা।
৭ ,, য়েং।

খুৎলোন :— য়েংকী খুদোল য়ুংখনা, খুৎলাইবু মথারোমদা ইন্থোকও।

৮শুবা থাওলোন— ওইগী নিঙজোন য়ুংখনা য়ানবা তাক্লবা—

খোঙলোন :— ৬ দা য়েং।
৪ দা (ওই + য়েং)। য়েং।
৭ দা ওই।

খুৎলোন :— ওইগী খুদোল য়ুংখৎনা, খুনিং থেক্লা, খুৎলাইগী মনমদা ওইরোমদা রৈখৌ।

৯শুবা য়েংকী নিঙজোন য়ুংখনা য়ানথবা তাকনবা—

খোঙলোন :— ৭ দা (ওই + য়েং)। য়েং।
২ দা ওই হনবা।

খুৎলোন :— য়েংকী খুদোল য়ুংখৎনা, খুনিং থেকনা, খুৎলাইবু য়েং-লোমদগী মথাদা হাইখনা তাকও।

১০শুবা থবাক থিনবা ভাকনবা—

খোঙলোন :— ২ দা (ওই + য়েং)। ওই।

৮ দা য়েং।

৭ তা য়েং।

খুৎলোন : – য়েংকী খুদোল য়ুংথবা, তিংনা, খুৎলাইবু ইয়োয়ননা ওইয়োমদা ইম্থোকও।

১১শুবা য়েংকী খুজেঙ মথক, মসুংদা ককপা ভাকনবা—

খোঙলোন : - ৭ তা (ওই + য়েং)। ওই

৯ দা য়েং। (ওই + য়েং)। ওই। য়েংলোম লৈহনা।

খুৎলোম :— য়েংকী খুদোল য়ুংথনা খুৎলাইবু য়েংলোমদগী মথাদা কোৎনা ইম্থোকপা ভাকও।

১২শুবা ওইগী খুজেঙ মসুংদা য়াম্ববা ভাকনবা-

খোঙলোন :— ৯ দা (ওই + য়েং)। ওই

৮ দা য়েং। (ওই + য়েং) ওই।

খুৎলোন :— ওইগী খুদোল য়ুংথনা, য়েংলোমদগী খুৎলাইগী মনমদা ওইয়োম ইম্থোক্লা ভাকও।

১৩শুবা থাঙলোন— ওইগী ভক য়ানবা ভাক্লবা—

খোঙলোন :— ৮ দা (ওই + য়েং)। ওই

১ „ য়েং হনবা।

খুৎলোন :— ওইগী খুদোল য়ুংথনা, ওইয়োমদগী মথকলোম কোথনা য়েংলোম হাইদোক্লা, মথকলোম ইম্থোক্লা ভাকও।

১৪শুবা কোক য়ানবা ভাকনবা—

খোঙলোন :— ৮ দা (ওই + য়েং) য়েং।

৯ দা ওই। ওইরোম লৈছুঁবা।

খুংলোন :— য়েংকী খুদোল য়ুংথংবা, খুদাঙবা, খুবাক্লী, কৈমা খুং-লাইগী মপাঙ্কা, মনমদা, য়েংলোম য়ৈথনা ভাকও।

১৫শুবা য়েংকী লুশমদা য়ানবা ভাক্লবা—

খোঙলোন :— ১০ দা য়েং। (ওই + য়েং)। ওই।
৮ দা য়েং।
১০ দা (ওই + য়েং)। ওই।
১ দা য়েং। (ওই + য়েং)।

খুংলোন :— য়েংকী খুদোল য়ুংথংবা. খুমিং থেক্লা, য়েংলোমদগী খুংলাইবু ওইরোমদা য়ৈথনা ভাকও।

৯শুবগী খোঙলোন অসি শুনা চংলিংঙদা থাঙ য়ানবনা হানগনি, ময়ম অসিনা খোঙলোনসু অহুম মচংপা, খুংলোনসু, খুংভাকসু মছুগা ইরোয়নবদা মপা চক্লবদা খুংলাইবু অহুম ভাক্লমগনি, খোঙলোন শুনা চত্রিকাওবা থ'ঙ ভাকপা য়াদে হায়বা ন.ত্তু, মসিগী খোঙলোন য়াম্না চং-লিবসি খোঙসি অহুকী মতীক থুনা চংকদবনি হায়বা মরোয়ি।

———

# ১০শুবা সংজ্জাল

## ১০শুবসি খোঙকম ১১ নি। থাঙলোম্না ১৫ নি।




খোঙকম শুম্নমক্কা ১৮ নি, অদুবু থাঙলোনগা কোয়না চংকদবদি মসিদগী ত'থাই অমগী খোঙকম ১১ ত্তনি।

মাসগী খোঙলোনসি য়েক্নবা মীগী মতুংদা তাবা য়াবা অরুবা খোঙ-লে'ন হৌরকপনি। অদুনা সংজ্জাল খোঙলোনগী মাঙ, তুং পুম্বা লৈথোক লৈশিন তৌদুনা, য়েক্নবগী তুং তানবা লৈদুনা, য়েক্নববু লাকচবা য়ানবা সংজ্জালগী অরুবা খোঙলোন হৌরকপা মরোম্নি।

থাঙলোন ১৫ নি। থাঙয়াম্দি, অহানবমক্তা থাঙদোন ওইরোম লৈনা লৈনা, লোংনা পুমম্বান য়ানখৎপা থাঙলোম্নি। অদুগা থুংঙাকী মতুংইম্না য়ানবা থাঙয়াম্নি।

খোঙলোনগী মতুংইম্না তুংদা তাকদুনা, তুংদগী য়ানবা ঙাকপগী থুংলোন মাঙবা হৌরকপা মরোম্নি। অদুনা ১০শুবা সংজ্জালসি মাঙ, তুং য়োম্না য়ানবা, ঙাকপা হৌরকপা মরোম্নি।

কীবমনু, হকচাং মাঙলোম ওন্সনা, খোঙলোনগী মতুংইম্না হায়রবদি থুংঙাকী মতুংইম্না হকচাংগসি তুংলোম খোক ওন্থোকপা, মাঙলোম অমুক হং

লৈশিংকপা অচুগা য়েক্লবনা নকশিল্লগা অচুগী অমুক হেন্না নকশিন্নবা হোৎনবা, য়েক্লবনা লাংথেংবগা ঐস্থ লাপথোকনবা হোৎনজুনা য়েকনববু লাকচনবা হোৎনবদা, য়েকনবগী খুদোং চানবা হায়বদি য়েকনবনা ফুগে কাগে তৌরকপদা ঐনা হায়া চোংশিনবা অচুগা য়েকনবনা হনগে তৌবদা ঐনা মাঙ ওন্নরম্বদগী ছুং থোক ওন্দুনা মীচুনা ফুরকনবা হোৎনবা অচুগা য়েকনবনা ফাগে, ফুগে তৌরকপদা ঐনা হকচাং ছুং ওনথোক ওনশিন তৌদুনা মীবু লাকচনবা. য়েকনববু হন্দোকখিদনবা সংজ্ঞাল লাংলোন কীবম হৌরকপনি।

## থোঙলোন অপুনবা চৎনবা মরোন

১ দা থোঙ ওই তিংনা থাবা।

২ ,, ,, য়েৎ কোন্না থাবা। (ওই + য়েৎ)। ওই তিংহৌবা।

৩ ,, ,, য়েৎ কেনবা। (ওই + য়েৎ)। ওই তিংবা। ওইরোম লৈদুনা।

২ ,, ,, য়েৎ কোন্না থাবা। ৩ দগী হকচাং পুমলৈ (ওইরোম লোংলৈ) লৈথোক্তুনা। (ওই + য়েৎ)। ওই তিংহৌবা।

৪ দা থোঙ য়েৎ কোন্না থাবা। (ওই + য়েৎ)। ওই তিংহৌবা।

৫ ,, ,, য়েৎ ওইগী মাঙদা কয়ন চন্না থাকবা) য়েৎলোম লৈদুনা।

২ ,, ,, ওই তিংবা। য়েৎলোম লৈদুনা।

৬ ,, ,, ওই (য়েৎকী মাঙদা কাবল চন্না থাবা। (ওই + য়েৎ)। য়েৎ লৈহৌবা।

৫ ,, ,, ওই কোন্না হনবা। (ওই + য়েৎ)। য়েৎ কোনবা।

৭ ,, ,, ওই তিংবা হন্না থাবা।

৫ ,, ,, (ওই + য়েৎ)। ওই তিংহৌবা।

৮ ,, ,, য়েৎ কোনবা। (ওই + য়েৎ)। ওই তিংহৌবা।

৫ ,, ,, য়েৎ কোনবা। (৮ দগী ওইরোম লোংলৈ লৈদুনা)। (ওই + য়েৎ) ওই।

৯ দা খোঙ য়েং কোম্না থাবা। (ওই + য়েং)। ওই তিংহৌবা।
১০ ,, ,, য়েং (ওইগী মাঙদা কারল চম্লবা)। য়েংলোম লৈহনা।
৫ ,, ,, ওই তিংবা। য়েংলোম লৈহনা।
১১ ,, ,, ওই (য়েংকী মাঙদা কারল চম্না থারবা)। (ওই + য়েং) য়েং।
১০ ,, ,, ওই কোম্না থাবা।

## থাঙলোন অপুনবা ১৫

১। খৌরিদা থাঙলোন মাগী ওইরোম হাইথনা কৈনা লোংনা য়ানথংপা।
২। য়েংকী লেংবান য়ানথবা।
৩। মাঙগী খ্বাঙদা কৈনা পুময়ান য়ানবা।
৪। তুংগী খ্বাঙদা কৈনা পুময়ান য়ানবা।
৫। ওই নত্রগা য়েংকী খ্বাঙ থিনবা।
৬। ওইগী চগোং য়ানবা।
৭। য়েংকী চগোং য়ানবা।
৮। ওই/য়েং খ্বাঙ থিনবা।
৯। ওইগী মাঙগী কৈরু মমুংদা য়ানবা।
১০। তুংগী ওইগী কৈরু মপান্দা য়ানবা।
১১। তুংগী য়েংকী কৈরু মপান্দা য়ানবা।
১২। মাঙগী য়েংকী কৈরু মমুংদা য়ানবা।
১৩। ওইগী লেংবান চুম্না য়ানথবা।
১৪। কোক য়ানথবা।
১৫। খৌ থিনগংপা।

## ১০শুবা সংজ্ঞালগী থাঙলোন অপুনবা ১৫

১। খৌরিদা, লোংনা মীহুগী থাঙলোন ওইরোম হাইথনা কৈনা য়ানথংপা

খোঙলোন :— ১ দা খোঙ ওই তিংলম্বনা

২ ,, ,, য়েং থারম্বগা (ওই + য়েং) ওই।
তিংহৌবা

৩ দা খোঙ য়েং কোনবা ( ওই+য়েং ) ওই।

তি চৌরগা ওইরোম লোংদৈ হুং লৈহুনা

২ ,, ,, য়েং থাবা।

খুৎলোন :— ওইগী খুনিং থেক্লা, খুনম্বা খুৎলাইগী মনমদা, মথারোমদগী কোথৎনা, খুৎলাইগী মথাদা হকচাং লীৎনা, তুংলোম ওইরোম লোংদৈ তৌবগা লোয়ননা খুৎলাইবু তুংলোমদা ইস্থোক্লা ঙাকও। য়েত্তি খুদোল য়ুংথনা, খুদাংনা খুৎলাইগী মনমদা মথকলোম কোথৎনা ঙাকও।

২। য়েংকী লেংবান য়ানবা ঙাক্নবা—

খোঙলোন :— ২ দা (ওই + য়েং)। ওই

৪ ,, য়েং কোয়া চয়া থাবা।

খুৎলোন :— য়েংকী খুদোল য়ুংথনা, খুনিং থেক্লা, খুদাংনা খুবাক্লা খুৎলাইগী মনমদা য়ৈথনা ঙাকও। ওইদি খুদোল য়ুংথনা তিংলপনা লৈও।

৩। মাঙগী খ্বাঙ কৈনা পুময়ান য়ানবা ঙাক্নবা—

খোঙলোন :— ৪ দা (ওই + য়েং)। ওই।

৫ ,, য়েং। ওইগী মাঙদা কায়ল চয়া থারবা।

খুৎলোন :— য়েংকী খুদোল য়ুংথনা, তিংনা খুৎলাইবু ওইরোমদগী য়েংলোম য়ৈথোকও। ওইদি খুদোল য়ুংথনা কোয়প খুৎলাইগী মনমদা দাংনা নমথনা য়েংলোম ইনথোকও।

৪। তুংগী খ্বাঙ কৈনা পুময়ান য়ানবা—

খোঙলোন :— ৫ দা য়েং।

২ দা ওই। ৪ দগী য়েংলোম লৈহুনা, হকচাং য়েংলোম থুপথবা।

খুৎলোন :— য়েংকী খুদোল য়েংলোম হাইথনা, খুৎলাইগী মপাক্লা মমমদা খুদাংনা খুবাক্লা কৈনা নম্বা, ওইরোমদা খুৎলাই চিংনা ঙাকও।

ওইস্নু য়েংনা ইনথোরকপা খুংলাইগী মথক থংনা খুদোল য়ুংথনা ওইরোম ইয়া চিংথোকও।

৫। ওই/য়েং খাঙ থিনবা ঙাক্লবা—

খোঙলোন :— ৫ দা য়েং।

৬ „ ওই, য়েংকী মাঙদা কায়ন চয়া কৈনা থাবা।

খুংলোন :— য়েংনা খুংলাইবু মনমদা, মপাক্তা কৈনা ওইরোমদা ইনথোকও। ওইস্নু য়েংনা ইনথোরকপা খুংলাইগী মনমদা খুদাংনা কৈনা ওইরোম ইনথোকও।

৬। ওইগী চগোৎ য়ানবা ঙাক্লবা—

খোঙলোন :— ৬ তা (ওই + য়েং) ওইরোম লৈরপ লৈগনি।

খুংলোন :— ওইগী খুদোল য়ুংথমা, খুনিং থেক্লা, খুংলাইগী মনমদা খুদাংনা নমথনা য়ৈথনা ঙাকও। য়েস্তি, ওইনা য়ৈথবা খুংলাইগী মনমদা খুদাংনা কৈনা মথক থংনা নমথক্লনা য়েংলোমদা ইনথোকও।

৭। য়েংকী চগোৎ য়ানবা ঙাক্লবা—

খোঙলোন :— ৬ তা য়েং।

৫ „ ওই হনবা। (য়েং + ওই)।

খুংলোন :—য়েংকী খুদোল য়ুংথনা, খুনিং থেক্লা, খুংলাইগী মনমদা মপাক্তা, খুদাংনা খুবাক্লা কৈনা য়ৈথনা, ওইরোম কোইথোক্লা ঙাকও। ওইদি খুদোল য়ুংথনা, য়েংনা ইনথোরকপা খুংলাইগী মনমদা, মপাক্তা, ওইরোম চিংথোকও।

৮। ওই/য়েং খাঙ থিনবা ঙাক্লবা মরোন—

খোঙলোন :— ৫ দা (ওই + য়েং)। য়েং।

৭ তা ওই হয়া তিংনা থাক্লবা।

খুংলোন :— ওইগী খুদোল য়ুংথনা, খুংলাইগী মনম, মপাক্তা, খুদাংনা খুবাক্লা নমহনা ওইরোম চিংথোকও। য়েংস্নু মহুগা ইরোয়নবা খুদোল য়ুংথনা, তিংনা ওইরোমদা ইনথোকও।

৯। ওইগী মাঙগী কৈরু মহুংদা য়ানবা ঙাক্নবা—

খোঙলোন :— ৫ দা (ওই + য়েং)। ওই।

৮ দা য়েং।

খুংলোন :— ওইগী খুদোল য়ুংথনা, খুংলাইগী মনম, মপাক্তা, খুথাংনা খুবাক্তা ওইরোমগী ভুংলোমদা ইনথোকও। য়েংসু মচুগা ইরোয়ননা ওই-রোমদা ইনথোকও।

১০। ওইগী ভুংগী কৈরু মপান্দা য়ানবা ঙাক্নবা—

খোঙলোন :— ৮ দা (ওই + য়েং)। ওই।

৫ দা য়েং।

খুংলোন :— ওইগী খুদোল য়ুংথনা, খুনিং পেক্তা, খুদাংনা, খুবাকনা খুংলাইগী মনম, মপাক্তা নমথনা কৈনা য়েংলোম ইল্লো। য়েংসু খুদোল য়ুংথনা তিংনা খুংলাইবু য়েংল্লোম ইল্লো।

১১। য়েংকী ভুংগী কৈরু মপাদা য়ানবা ঙাক্নবা—

খোঙলোন :— ৫ দা (ওই + য়েং)। ওই।

৯ ,, য়েং।

খুংলোন :—য়েংকী খুদোল য়ুংথনা, তিংলপ্না, খুংলাইগী মথক্তা কৈনা নমথুনা য়েংলোম নমথোও। ওইদি খুদোল য়ুংথনা তিংনা লৈয়ো।

১২। য়েংকী মাঙগী কৈরু মহুংদা য়ানবা ঙাক্নবা—

খোঙলোন :— ৯ দা (ওই + য়েং)। ওই।

১০ দা য়েং ওইগী মাঙদা কায়ন চন্না থারবা।

৫ দা ওই।

খুংলোন :— য়েংকী খুদোল য়ুংথনা খুংলাইবু য়েংলোম ইথোকও। ওইদি খুদোল য়ুংথনা, য়েংকী ইয়োরনমা মথকলোমদা কোংথোকনবা লৈগনি।

